মিষ্ট্রীস

# কাং বান সোক

( ফ্রিদম লাইরিক )



থোংমন ইমোবী

মিষ্ট্রীস

# কাং বান সোব

( ফিদম লাইরিক )



ইজবা :-

**খোমন ইমোবী**

( স্বত পুন্নমক অইবগীনি ) ( মমল লুপা ২০/- )

# অহৈবগী ৱারোল খরা

শক ১৯৭৫ ইংদা কোংপ্রবা লাইরিক মচা "কাং বান সোক" হৌজিক্কী ওইরক্লিবা অমদি তুংদা ওইরকপবা মুপীশিংগী খুনায়লোন, লোয়ন্না শিল্পমশিংদা মতেঙ খরদং ওইরবসু পাংবা ঙম্‌গদ্রা খঞ্জহ্নুনা পুথোকচখিবনি ।

পিক্লিবা ফুরুপ, খুনায়শিবু মুন্না মশক খংবিবা মুংশি- বিবা চন্নুরা মরুপশিংনা থিগৎপীরক্লুনা লাইরিক অসি হৌজিক্কী লৈবাক খুনায়সিগী চৎনলোন শিল্পম কয়াদা মতেঙ য়াম্না ওইরে, নৌনা অমুক নমথোক্লুনা ফোংজরগে হায়না "All Manipur Women Voluntary Association" না তাকপীরকপদগী অয়াবা পীহ্নুনা অমুক হন্না ফোংদোকচহনবনি ।

লৈবাক খুনাইদা মুপীশিংগী থাক য়াম্না হম্বপ্রবদি লমদমসু লৈখা তারে হায়না হেক্তা লৌবা য়ারে ।

মরম অসিনা লাইরিক অসি ফোংবীরিবা AMAWOVA না খরায় হকচাং য়াওনা অচুম্বা লম্বীদা পংজরবী চন্নুরাশিংবু অরাংবা থাক্তা পুখৎপীরকপা, অমদি মরাইবক থিরবা তুহৎপী- রবা মীওইবা জাতিবু মতেঙ পাঙবা ঙম্বা ওইরসনু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা নিজরি ॥

ইমোবী

# ম্নাহৈ খরদং

মিত্রিস কাং বান সোক হায়বা লাইব্রেরি অসি ইং শোক ১৯৭৫ দা অহানবা খুংনম ওইনা পুথোকখ্রবা লাইব্রেরি। লাইব্রেরি অসিদা তারিবা মালেমশিংগী লুপীশিংনা ফিদম্নফম অমদি তমজনিঙাই ওইরবা মমি কয়া অসি উরুবদগী, ঙশি ঙশিমক ঐখোয়গী ইরমদম অসিদা স্থফম-নোমফম মতিক চানা লৈশিল্ল-ক্ত্রবা, ইমফাল সহর ময়োন্দগীনা লমদম অসিগী কাচিন-কোয়া কয়াদা তাঙমদ্রবা খাংঙমদ্রবা মীওং-মীনৈ অমদি অরা-অনাগী থৌদোক-ৱাথোক কয়াগী মরক্তা হিংলি হায়বতা ঙাইরবা ঐখোয়গী মীয়াম্না থোইদোক 'হেন্দোক্না লুপীশিংনা অসিগুম্বা লুরবা তানফমশিংদা থেংনরিবা অরা-অনাশিং অমদি থুনাই অসি চাওখৎনবা হোৎনবদা লৌফম থোকপা যৌদাংশিং লৌরবা হোৎনবদা মতেং ওইগদ্রা খনজরকপদগী লাইব্রেরি অসি অনি-শুবা খুংনম ওইনা পুথোকচরকপনি।

লৈবাক্কী চাওখৎ-যৌরাংদা থৌদাং চাওনা লৌরবি মিস্ত্রীস কাং বান সোক লুপী ওইবীশিংগীদমক্তদি তমজনিংঙাই ওইবী লুচিংবী, অমদি মমা অমনি। লুপী অমা ওইনা চংদ্রবা য়াদ্রবা মগুন, অৱাংবা থাক্কী লমচৎ-শাজৎ, কৈরোয়-লৈকাইগী অরা অনা লৈত-লাইরশিংদা নুংশিবা মীৎয়েংগা লোয়নবা মশাগী অরা-অনা খিদনা মতেং পাংখিবতা নত্তনা কোরিয়া মীয়ামগী নিংতম লান্দা অপোকপা মচা অমদি মহাক্কী ইমুং-মনুং কংথোক্তনা মীয়ামগীদমক্তা কংথোকপগী অৱাংবা থাক মালেমসিদা উৎখ্রবী মমা অমদি লুপী অমনি।

ঙসি লমদমসিদা লুপী অয়াম্বনা মহৈ (Education) মপুং ফানা ফংদে, ঙমদে। অদুম ওইনমক স্কুল কলেজ কাহনা তমবা ফংলুদ্রগম্ব কাং বান সোক্না তারুম্মী ইশা ইতোমতনা

য়ুমদস্থ লাইরিক-লাইশু হৈনবা হোৎনজবা য়াই। মহাক্কী তমজ্ঞনিংঙাই ওইবশি'গী মরক্তা অমনা কল্লক-মীহো চাওবা য়্যাওদবা পেনথে'কপগা লোইননা লৈত-লাইরগী খুদোং-থিবা কয়ানা কোয়শিন্দুনা লৈরবস্থ মহাক্লা কনাগুম্বা অমদা য়েৎনুদনা মশাগী গুমাংমলতনা হিংনবা হোৎনহ্নো কোরিয়া মীয়ামগী নিংতম ঈহৌদা অচোবা থৌদাং লৌখিবহ্নি।

লাইরিক অসি পাক্লবদগী খংলে মহুদি, লৈবাক অমা চাও-খৎপা হায়বশি মমা ওইবীশিংগী চাওরবা থৌদাং লৈ। মশিক চাবী মমা ওইবীশিংহনা অফবা মচা পুথোকপা ঙমগনি, মহুতনা চাওচৎপা লৈবাক অমা শোয়দনা ওইরক্নি।

ঙশিদি হিরম কয়ামুক্তা শোকচিল্লরুব মতম অসিদা লাইরিক অসি থরদং নৈনবগী তঙ্গা লৌজরগা All Manipur Women Voluntary Association (AMAWOVA) অনিশুবা খুৎ-নম ওইনা পুথোকচবনি। লাইরিক অসি পুথোকচনবগী হায়জরুবদা হয়াও-হয়াওনা লাইরিক অসিগী অক্টবা ইমোরীনা অয়াবা পিবিরকখিবা, লোয়ননা হাওবম নিংভোল জয়মন্তিনা (AMAW-OVA) না হাইজবদা য়াবিরকখিবা, লাইরিক অসিবু পুথোকরুবা হোৎনবদা অচোবা মতেং পিবীরকখিবশিং লোয়ননা Lilong Printers Press না অনিশুবা খুৎনম পুথোকনবা হোৎনবদা অচোবা থৌদাং লৌবিখিববু (AMAWOVA) গী মাইকৈদগী ঙমথৈ লৈতনা থাগৎপা ফোংদোকচরি।

Thokchom Usharani
Chairmen
(AMAWOVA)

# মিষ্ট্রিস কাং বান সোক

## ১। মিষ্ট্রিস কাং বান সোক্কী অঙাং ওইরিঙৈ

(ক) মিষ্ট্রিস কাং বান সোক জ্ঞান তাবা,

মরৈবাক মজাতিবু নুংশিজবা ইমুং অমদা পোকই। মহাক্কী মপাবুংনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা লাইরিক তমীরকপনা মিষ্ট্রিস সোক্কী নৌরিবা রাখন্দা, মরৈবাক মজাতিবু নুংশিবগী রাখল মরা চেৎনা ময়োন চোংবা হৌখি।

মিষ্ট্রিস কাং বান সোক ১৮৯২ গী এপ্রিলগী তাং ২১ দা চিলগোল হায়বা মফমদুদা পোকই। মহাক মিষ্টর কাং-দোন উক্কী অনিশুবা মচা নুপীনি।

মিষ্ট্রিস সোক্না পোকপা মতম অসিদা কোরিয়া য়াম্না খুদোংথিবা অরুবা ফিভম অমদা লৈরমই। মতম পুন্নমক্তা মীতোপশিংনা লাল হৈজুনা চংশিল্লকপা অমদি মীতোপশিংগী খুজিল থোরাং কয়াদা শিবা নত্রগা হিংবা অনিসিগী মরক্তা য়াম্না কিরবা লুরবা তাঙ্গা অমা কোরিয়া প্রজাশিংনা থেংনরমই।

সম্রাজ্যবাদি (Imperialists) শিংনা তোয়না চঙশিল্লক্তুনা লৈবাক্কী ওইবা রাখল, থবক থোরম খুদিংমক য়ৈথায়-থিঙ্গায়দুনা

ময়েং তাহল্লমই অমদি কোরিয়াগী প্রজাশিং পুন্নমকপু মীনাই নাইথাং ওইননবা শিল্লমই। লোয়াম চাবা, নংজা নমথেক্লবা, শেনজা থুমজাদা হালেংবা লৈত্রবশিংগী অাইনগী মতুং ইন্না কোরিয়াগী প্রজাশিংবু মীনাই ফিজেৎ শেংহনখি। লোয়াম চাবশিংনা অণ্ডৎ-অপা শাত্নুনা প্রজাশিংবু মীনাই ওইহন্নবগী লায়না পোকহনবদা, অচৌবা শক্তিশিংগী মথাদা তুফক-তুফাই চন্দুনা থমখিবদা মতেং পাংখি। অসুন্না মশাগীদা খনবা শেনজাও পায়বশিংনা অহৈ-অপা শাবদগী প্রজা অমদি কোরিয়াবু সম্রাজ্য বাদিশিংদা লাইনা য়োন্থোকখি।

অসিগুম্বা রিবা মতম অসিদা মরৈবাক মজাতিবু নুংশিজবা মীওইশিংনা করিগুম্বা কান্দা থোরক্তুনা শক্তি চাওরবা সম্রাজ্য-বাদিশিংগী মায়োক্তা লাল হৌরনই।

মিষ্ট্রিস কাং বান সোকপু পোকপা, মিষ্টর কাং দোন উক অসি মতমতুগী কোরিয়াগী মাংজিল থাবা পান্থো-অহল লাল-হৌবা অমনি। মহাক্না মরৈবাক অমম্বুং তোথায় তোথায়না খায়দোক্তুনা মচেৎ মতেৎ তাহল্লবা প্রজাশিংবু কন্নবগীদমক ঙমজবা থাক্তা রিভোল্যুসন—খুৎলায় পায়তুনা লাল হৌখি।

মহাক মজাতিবু য়াম্না নুংশিজবা অতুগা মপা লৈবাক (Fatherland) বু মনিং-মথা তমহনবা পান্থদগী হালেংবা লৈতনা খুৎলাই পায়তুনা লাল হৌখি। মাংজিন থাবা লুচিংবা অসিনা মাগী মচাশিংবু—সম্রাজ্যবাদি জপানিজশিংবু য়াম্না তুক্কচহনবা মখোয়গী মথক্তা অকনবা লাল হৌননবা শেমগৎপীখি। মহাক

মহাক তাকপী তম্বীবদা য়াম্না হৈ-শিংবা থৌনা ফবা মরিন লৈবা মুপানি। মহাক মশামক তুংদা হৌরক্কদবা নহারোল শুথাং শিংবু অথও অহৈ ওইননবা হোৎনবদা থর‌য় কৎথোকখি।

মাগী ইমুং মনুং হিংবগী পুন্সিদা য়াম্না শাথিনা খুদোং চাদবা ফাওবা ওইববসু মহাক্না মাগী খুঙ্গং চিলগোলদা "চাংদোক স্কুল" অমা লিংখৎখ। মাগী লৈজারিবা পাঙ্গল শক্তি মরোশিং পুম্নমক চহি ৩০ হেন্না তুংদা লাক্কদৌরিবা—নহারোলশিংদা তাকপাতম্বীবদা শাজিন্নখি অমসুং কৎথোকখি। শোক ১৯১৯গী প্রজা ময়াম্না পাম্নরবা ঈহৌ অমা মার্চ (March) থাগী অহানবদা হৌখি মহুদা গোপ্যোাং প্রদেশ অমসুং দাইডোং প্রদেশতা প্রজা ময়ামগী মমাংদা মহাক্না কোরিয়াগী মনীং তম্বগী চেরোল অমা পাথোকখি। সমজ্যবাদি জ্যাপানিজশিংগী মায়োক্তা অচৌবা মীয়ামগী অপুনবা মীংতম্বা লালহৌবগী ঈহৌ খোঙচৎ অমা চিলগোলদগী প্যোঙয়াং ফাওবা চৎখি।

মহাক্কী মরৈবাক মজাতিবু মুংশিজন্নবা, লালহৌবগীদমক অকিবা পোক্তবা কয়া অসিনা—মিট্রৈর কাং দোন উকপু য়াম্না থাক ষাংলবা য়েক্লবশিংগী মায়োক্তা লালহৌবা মুপা অমনি হায়বসি মন্নেক শেংনা উৎলি।

* মহৌশানা বীশোক খুঙ্গং কৌরম্বা হৌজিক্না
চিলগোল দোও হায়না খওনরবা মফমচুদা-
প্রজশিং অমসুং মহাক্কী তুংইনবশিংনা মানা
তৌরম্বা থবকশিংবু শীংথাজ্জনা, তুংদা লাক্কদবা

মীরোল কয়ানা নীংশিংনবগীদমক-ফুড়া মুর্ত্তি
অমা শাত্লনা থমলে । অসিগুম্বা ফুরা মুর্ত্তি
অসিদা - মিষ্টর "মুকজেং কাং দোন উক্তা
কংথোক্লবনি হায়না ইরি "মুকজেং হায়বা
ৱাহৈসি মখোয়গী য়াম্না পাম্নারবা মিংনি-মসিনা
মহাকপু 'নুংশিংহৈবা' হায়না খঙনরমই ।

অসিগুম্বা থোনাফবা নুপা অসিনা মিষ্ট্রিস সোকপু লাইরিক তম্বরীকপনা মরম ওইহনা মহাকস্থু অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মপা নৈবাকপু নুংশিজবা, জ্যাপানিজশিংবু তুক্কচনা য়েংবগী অয়োবী মিৎয়েং মাগী নৌরিবা ৱাখন্দা ময়েক লানা ময়োন চোংখি ।

**মিষ্ট্রিস কাং বান সোক মরৈবাক মজাতিবু নুংশিবগী ৱাখল জ্যাপানিজশিংবু য়েংথিবগী মিৎয়েং মাগী মবুং লাল হৌবনস্থু তম্বীরকখি ।**

মিষ্ট্রিসকী মবুং অহন মিষ্টর কাং জিন সোক অসিস্থু অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা য়ুম য়ুমদা অমদি পাক্লা চাওনা শন্দোক্লনা কোরিয়াগী নীং-খা তম্বগীদমক জ্যাপানিজশিংগী মায়োক্তা লাল হৌবা নহা অমনি । জ্যাপানিজশিংনা কোরীয়াবু লৌদী লৌ-ফাংত্রিঙৈ-কোরিয়ান পুন্নমক জ্যাপানিজ ওনখিগদৌরবা চিরবা মতমদা মবুং অহন অসিনা মশামক চোংথোক্লনা মথরায় খুবাক্তা হাপলগা কোরিয়াগী নিংতম কলহৌননবা থৌরম থৌদা কয়া পাংথোকখি ।

(খ) মিইর কাংজিন সোক্লা, জ্যাপানিজশিংগী মায়োক্তা লৈবা-মপা লৈবাকপু মুংশিজবা নহারোলশিং খোমজিল্লি, নহারোলশিংগী অপুনবা মরুপ মকম শেমতুনা খোঙকম নাম্মা লেঙদনা কোরিয়াগী নীংতম্বগী লাল শোক্লবদা লমজিংখি।

* মার্চকী অহানবা হৌখিবা ময়াম্মা পান্নবা ঈহৌতুদা মহাক অমসুং মাগী মপাবুংগা লোয়-ননা নীংখিজনা শেম শাতুনা মেঙয়োংদা অমসুং মসিগী অকোয়বা থুঙ্গংশিংদা খুৎলায় পায়তুনা সম্রাজ্যবাদি জ্যাপানিজশিংগী মথক্তা লাল কল্লা হৌখি।

থর হেন্না ওইহন্নিংবা অনিংবা, অপাম্বগা লোয়ননা মহাক্লা মপান লমদা থোক্তুনা অচৌবা থৌরাং কয়া তৌরুই অমদি তোয়না তোয়না ময়ুম লমদমদা হুল্লক্তুনা নিং-তম্বগী লাল হৌই।

মহাক্কী অসিগুম্বা হনবা নাইদবা অচেৎপা পুক্কিং থৌনাশিংসি উবদা থাগৎনৈ অমদি মপা লৈবাকপু মুংশিজবা নহারোল কয়ানা নিং-তম্বা লাল য়াওন্নবগীদমক মমিং চল্লে। মহাক্কী মপা লৈবাকপু মুংশিবগী থোদা কয়া অসিদা প্রজাশিংগী মতেঙ ফংই, প্রজা-শিংনা থরাই য়াওনা লালহৌবশিংগী মতেং পাংই। নিংতম্বগী লালহৌ অসিদা চঙ্দবা শেল-থুম, চেঙ-চাক পুম্নমক প্রজাজিংনা খায়গৎনৈ।

থুৎকন পাঙ্গল্লবা সম্রাজ্যবাদি জ্যাপানিজশিংগী মশিং লাক-ঙমদবা সিফাইনা চেকশিন্না কোইশিল্লবা মকমশিংদা হায়দোক্তুনা

নাবোয়না কনবেড ময়াম পুনশিনবা অমদি লালহৌগীদমক শেল থুম খারবা হায়বসি যারা দুবা থবক অমা ওইরমই।

অসিগুম্বা খুদোংথিবা কয়বু কাং জিন সোয়া হনবা নাই-ফগী নিংঙেনবগা লেইবা বাহিরগী লৈ-ওইরগদবক অবা অনা, ওক্লোক অপানবসা শিবা চৎবা থাদনা লেংনরমই। অসিংঙা নংঙা মহাত্মা প্রজাশিংগী মরক্তা—মরৈবাক মতাতি লুশিবা মীশিং লেনগৎলক্লবা, জ্যাপানিজশিংগী মায়োক্তা লোংনবগী-দমক্ত পাক্লা চাওনা ঈ-পাও শন্দোক্লমই। য়েক্লবনিংদা চিনবগী মওইশিংবু বরন্দা হোংনবদা থৌনা ফনা মখোক থোক্লমই। মসি মওংনগী মতুংইন্না মাগী মনুংদা থনখ্রবা খুদোংথিবদগী কন্নবা হোংলৈ অমদি মপুক নোয়বা মতোং চাবা মীওইশিংবু য়েংথিন-নবা রাখল লাক্লবা পরা কয়া তঙ্খী।

বরিগুম্বা কান্দা কাং জিন সোয়া হল্লক্লবা ময়ুমদা লোং-লবা মতমদা মচানুপীদা থল্লায় বংথোকপুরবা শিবা চবগী অতৌবা লালহৌমগী রাস্টী মনেবু পাখংহন্দনা লীবি। মিষ্ট্রিসনু মবুনা থুপি কংথোক্লনা লান চৎনুবনি হায়বগি খঙই, অস্তনা মথাব-খোংনা নোয়বা নুপী অমা ওইরবসু মহাক্কী মপাবুং অমসুং মচুংনা কন্না লৈরগা লান শোক্লবগে হায়রবনাইবা বয়া তঙ্খা তনা নখানা য়ানিংনা ময়া তানা থওবা হৌরকই।

মবুগী আসংবা হনবা নাইদবা—অরাংবা থাক্কী লাল-হৌবগী রাখল আসনা মাগী অঙাং ওইরিবৈগী রুখন্দা অমদি মশা মথন্তা খঞ্জবগী শক্তিদা মঙাল অবা ওইখি।

মিষ্টর কাং জিন সোক্লা কন্থি থোক্লা লাল লৌরুবাদা লাইবক থিখি। বসন্ত ঋতুনু চংলকপা শোক ১৯২৪ দা জ্যাপানিজশিংনা মাবু ফাখি।

মহাকপু চহি ১৫ জেলদা মিয়াৎ তাহনখি অহুবু
জেল মনুংদা মহাক মীথা পোন্দনবা রাখলগী
লাল অহুম থেংনখি।

মহাক্লা জেলদা লৈরিঙৈদা শাগী শাজৎ চৎপা য়েক্লবশিংনা মাগী অনিংবহ্ মাংখিননবা ওৎ-নৈবদা- খাঙবা ঙমলকত্রবদা জেলগী অরাবা য়াম্না শাংলবা মতম চহি ১৩ গা থা ৮ মায়োক্লরম্লগা মহাক্কী নুংশিজরবা মপা লৈবাক অমদি প্রজাশিংগী অরা অনা তুংওইনরম্লগা লায়না অমনা নারক্কনুনা মফমহুদা মপুসি অহুম লোমখি।

মবুংবু ফাখিবসিদা সোক্কী থম্মোয়দা খাঙবা ঙমদবা অরাবা অমা ওইখি। অহুম ওইনমক মহাক্লা মবুংগী নিংলিবা রাখল অহুগা পুন্সিগী থৌদাংশিংহুদি কৈদৌঙৈদহ্ কাস্তদে।

জ্যাপানিজশিংনা মাগী মবুংবু ফাগ্রবদা, মহি চেন্দুনা ঙাংশাঙ ঙাংনা-তমথিবা মৈগী চীংনা চাকপগুন্না মিষ্ট্রিস সোক্কী থম্মোয়দা চাকখি। য়াম্না তুক্কচবগা লোয়ননা য়েক্লবগী মথক্তা লম্মন থুমগে খনখি।.মসিদগী হৌনা সোক্লা নিংলিবা, য়ৌনিংলিবা পন্থুংফমগী থবক্তা, মবুংগী হনবা লৈত্রবা খোঙফম নামা লেঙদনা-লাল-হৌবগী অরাংবা রাখল ফিদম ওইরগা মাগী পুক্নিং, রাখল লমচৎ পুন্নমক থাংগী ময়াগুন্না থৌননবা শেম শাবা হৌখি।

**২। মিষ্ট্রিস কাং বান সোক অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা তোল্ল-তারবা লাইরবশিংবু নুংশিবগী পুক্নচেল, ৱাহল্ল হৌরকই তৌরুবা থবক খুদিংদা নিংহন্নদবা, মহাক্কী নকনবা মরুপ মপ্পাং, য়ুমলোন কৈরোন্নবশিংবু মতেঙ পাংবগী য়জবা পুকচেল চেললকই।**

মিষ্ট্রীস কাং বান সোক অঙাং ওইরিবৈদগী হৌনা মাগী য়াম্না তোঙানবা থবক তৌবদা নিংহন্নদবা—করিগুম্বা থবক অমা তৌগে হায়না য়াথোকলুবদা, মানা হেক ওস্নমখৈ, চেকশিন্না পুক্লিং চঙনা -নিয়ম পথাপ নাইনা তৌবগী অমজনকম ওইরবা মগুণ লৈরকই।

মিষ্ট্রিস কাং বান সোক লাইরবা লৌমি অমগী ইমুংদা পোকই। মপাবুংনা ইম্খোল-শম্বল (Farm) গী পাঙথোকপদা ল্লারবা থবক কয়া, সোক্না তঙ্গা - মেঙ্গা খঙলক্লবদা মখোয়গী মতেঙ পাংই।

অঙাংদি নিংথাদা খঙই হায়বগুম্না মানা চহি ১০ শুরকপ-দগীদি চফু উয়ানগী থমক তৌবতা নত্তনা মাগী য়ুমগী মনুং মপান পুম্নমক লুন-নাননা পোৎথফকম চানা থম্বগী ফজরবা থৌরাং - থবক ওইনা পাঙথোকপা হৌই।

মহাক্না মোৎলবা চাকথোং কোন-লিক কয়াবু লংহন্দ্রিক্নাওবা তক্তনা ফেংদোকই অমদি খুজায়গুম্বা পাত্রশিংদা ঈশিং পিক পিক থন্না হাপতুনা থমই।

কুংথিলগী মতমদা মহাক্না মমাগা লোয়ননা লও নাঙ্গি লশিংগী ফি শাই। করিগুম্না মতমদা অতোপ্পদগী পোৎশক থব খংননবা হোৎনবদা মহু মানা হেক্তা মতৌ তম্নবা হোৎনদে থিজিন্দুনা থমই। মানা পোৎতু হন্না হন্না শীজিন্নদুনা চাং য়েংলগা মহাক্কী রাংখন্দা লৈননবা হোৎনৈ অমদি মহুবু খব হেন্না ফজবা মওং দা পুথোকই। মহাক্না থবক খুদিংমক মশানা থরাই যাওনা হনবা লৈতনা তৌই। মবম অসিনা মানা তৌকবা থবক খুদিমক থুনা লোয অমসুং মানা তৌবম্বা থবক খুদিংদা মপুঙফাবা ওই। মী পুম্নমক্না পেন্নে।

মানা যোংথমদা শাবা লশিং ফিশিং অসি অস্তুক্কী মতিক লু হেল্লি ফজে। খুঙ্গংগী মীশিংনা মাগী কুংনা ফেন্দুনা শাবা ফিশাগীদমক থাগৎনৈ অমদি অস্তুম্না হায়নৈ " Your fabric is of such close texture as silk and looks as beautifull as brocade " মহাক্না শাবা ফিশিং অসি মুগা, বেশমনা শাবা ফিমুক কুংনা ফেল্লি অমদি সনা লুপা হৎপা রেশম ফিগুম্না ফজে।

অস্তুম্না মানা ফিরোল শাবগী হৈংশিংবা, লু-হেনবা পুম্নমক যুমথংনবিবা খুঙ্গংশিং অমদি লমদমতুগী প্রজাশিংনা য়াম্না নিংথিজনা খখি।

**মিষ্ট্রিস কাং বান সোক কাংলুপ খুদিংমকপু মচিন মনাও ওইনা থললি। তোল্ল-তারবা লাইরবশিংবু মতেং পাংবগা লোয়ন্না, লাইরিক্ক লাইসু তম্বীবদা শরুক য়াদুন্না প্রজাশিংবু অতুম্বা লম্বীদা পুরক্কবা হোৎনখি।**

তৌবা ওস্বশিংনা, মীওইবগী হৈজরম্বা থোদাং অধিকার পুন্নমক লৌথোকপীদুনা, লল থমগী অরাবা ারবা মীওইশিংবু নুংশিবীবা হায়বসি সোক্কী পোকপদগী শাগোম্নরক্রবা থম্মোয় মনুংদা মরা তানা লৈখ্রবা, মাগী য়াম্না ফজরবা মগুণশিংনী। অসিগুম্বা মীওইশিংদা মহাক মশামক মখুৎনা শুত্নুনা অওংবা মতেং পাংই।

মবুংনা জ্যাপানিজশিংগী মায়োক্তা শোক্কখিবা অরাংবা থাক্কী লানগী খুদুং ইন্না থোইদোক হেন্দোক্না ওন্ননবা মহাক্না কন্না তানশিল্লমই। অসিগুম্বা মাগী চপ চানা ফজরবা চাওরবা মীনুংশি থংবগী গুণ অসি য়াম্না লাপ্না লাপ্না শন্দোকখি। মহাক্কী ফজবা রাখল নিতি—নিয়ম অসিনা প্রজাশিংনা—সমাজদা লৈরিবা লাইরবা মীওইশিংনা স্তান তাবা, থৌনা ফবা পাঙল শেমগৎখি। মহাক্না প্রজাশিংবু লুচিংদুনা, ইরৈবাক মচা ঐখোয় পুন্নমক বুদ্ধি লৌশিং থোক্না পুল্লপ চংশিনমিন্নগদবনি অমদি মীওং শাসন তৌরিবা মপক নোয়বা কাওবুসি ঐখোয়না অমত্তা ওইনা দণ্ড পীগদবনি হায়না- প্রজাশিংবু মাং থানা চংশিন্ননবা হোৎনখি। প্রজাশিংবু ভাব তাননবা হোৎনবদা - মখোয়বু হৌদোকপদা, লৈবাক্কী মরমদা খংননবা হোৎনবদা, মানা হেক ওস্বমখৈ - থরায় হকচাং য়াওনা মতেঙ্গ পাংখি।

মিষ্ট্রিস কাং বান সোক মশা মউ ফত্তে। অদুম ওইনমক পাংথোকপদা রারবা, ওমদ্রবা খুদোংথিন্নবা থৌদাং বয়াদি মানা মকোক চিংদুনা অদুম মতৌই।

মরিংজেল খারবী সোক্না তরাম থৌরাংবগী চৈনা যংলবা

অমদি কালেনগী মৈশানা প্রোক প্রোক চাক্লবা ফাওবদা কন্না-শুবা নোমবদি থক তে,কখিদে। তুংদা লৈহৌরবি থবক্কী মরমদা তপথহৌরবী, শোখহৌরবী মুপীশিংবু মশানা চত্নুনা মতেঙ পাংই। থবক শুবদগী রামন্দুনা চোকথরবা মশাদু-পোখাবনা অরেম্বদা মতম হৌখিনিকো থনবদা-মঙোন্দা মীপাইজবা পোকই। পোথারবা ফাওবদা মতম মাহন্নিংদবনা মাগী চোকথবদু থওই-রমদে। চোকথবনা গ্রান মাংহনা, ফমহনা লৈরবী মাগী মতারোই শিংদা, মখোয়বু মপা লৈবাক্কী করম্বা লাইবক তঙ্খীরগদগে অমদি তুংদা হৌরক্কদৌরিবা নহারোলশিংগী মরাইবক করি থোক্লগদগে খলহন্নবগীদমক য়াম্না নুংঙাই নুংঙাইরবা রারী পোথারিঙৈদা লীহুনা তাহল্লমই।

সোক্কী অমকপা লৈত্রবা তাবদা অকি তুজুংবা পোক্লবা রারী কয়া তাবদগী মাগী মতারোইশিং পুক্রিং চঙশিল্লক্তুনা অনৌবা অশা-রাখন কয়াগা লোয়ননা মাগা থবক তৌমিল্লরমই অমদি চোকথবা পুম্বা কাওযোকখিহনা থবক থুদিংমক মপুং ফাবা ওইরমই, থুনা পাংথোক্লমই।

মসি পুন্নমকসে মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী রারীনি। অহুবু মসিগী অংকপা থৌদোকশিং, মগী তৌবা ঙম্নগী শক্তি পুন্নমকসে লাইরিক লাইঙু হৈরবা হৈরবীশিংনা মঙোন্দগী ফিদম্ননদা রাখল মতিক চানা পীরি।

সোক্না অতোপ্পগী অরা-অনাবু উরগা মাগীসু শরুক য়াওরিবনি খল্লি, মশামক্তা অরা-অনাদু ফংই।

চিলগোল থুঙ্গদা, মথে য়গী য়ুনগী হেক মমাংদা থবক শুফম লমপাক্ত মচা অমা নৈ, মসি চোঙ্গুম মচা লৈংশিনা যুখল ওইনা পরেং শানা খন্দুনা থমই। হায়রিবা অসিনা মরম ওইরদুনা লমহাং—থবক শুফমশিং মুশিং চবা শিংসা শুমদে। মসিগী লমহাং অসিদা খুঙ্গংতুগী প্রজাশিংনা মরু মরাং য়েথবা অদুগা লঙ্ কি চনাং থাফম ওইনা শাজিয়ে।

নোংমা মানা লৌবুক্তগী হাবেবা চং রেগা ময়ুমদা হল্লকপদা য়ুমথংনবী মুপা অমনা হায়রিবা মফমদুদা লঙ চনাং থাদুনা লৈরমই। চাকথেকপা মথৈ শারবা মুংশাদুদা শমাং মরিক মরিক পোপ পোপ লৈবাক্তা তারকাওবা মহাক্তা থবক শুরমই। অদুগা মনঙ্গদা পোরমলিবা অঙাং অদুনা মাঙোন্দা রাই চিনবা অমদি নিংবা কায়হনবগুম সোক্তা উরমই।

মিষ্টিসনা মাগী লৌ-পেংবদা শিজিন্নবা খুৎচু খুৎনাইদু থুনা লৈবাক্তা থমলগা, মুংশাগী মৈশানা চাকপদা নিংবা কাইনা কপলিবা অঙাঙু সৌরমই—মাগী মনঙ্গদা পোখৎলমই অদুগা চনাং থাবদুদা মতেঙ পাংলমই। হায়দুনা কান্নদে—মীয়োন্দা মতেঙ পাংবদা মসি মঙোন্দদি অহানবা থোদোক নত্তে।

মাগী য়োজাল মীমুংশিনা থোইরাং থোইশাওনরবা অঙাংদু ওইহাক লৌবিরিদৈদা মুপী অদুনা মাগী থবক্তৃ থুজিন্না শুজিল-লমই। অদুবু ওমচাক্তরবা, শাওববা অঙাং অদুদি অদুমক হান্নগুম কপলি। মনাক অদুদা ইনাক খুনবা ইমুং অমাগী অঙাং অমনা মতুম তাবা তল মচা অমা চাবদু উরবদা মসি পীয়ু হায়দুনা

কন্না তকশিল্লবই। মমৈথংদা মমাগী খাংবা ওম্বগী শক্তি লৈরকত্রবদা অঙাংদু যুগদবগী মথুং থাঙ্গৎপা হৌরকলমই।

মিষ্ট্রিসনা মমাগী মথুংতু য়াম্না থুনা ঙাকথোক্লমই অমদি অরাবা খোনফমদা হায়রক্লমই, "মেদাম" অরাম খৌরাংবা, মপুক লাম্বনা খাংবা ঙমদ্রতুনা কপলবা অঙাং অসিদা নংাক্লা করিগী নিন্দা তৌদ্রনা ফুগে থৌরাংলি। মহাক্তি মপুক লাম্বা নুইরবনি মঙোন্দা করম্না মরাল পীগদৌরিবনো? কনাগুম্বা খরনদি শাজৈনফাওবা যুরগদবনি। "মেদাম" মতুম তাবা তল মচা অমনা মাগী কপলিবসে ফহনবা ঙমগনি। মেদাম্না করিগীদমক অঙাং অসিদা তল মচা অমা ফাওবা পিজবা ঙমদ্রিবনে? 'মেদাম' হৌজিক্তি ঐখোয় নখোবগী লৈজবা লল থুম পুম্নমক মুন্দুনা লৌখ্রবনিনা মখোয়গী মথক্তা লাল হৌবা তাবনি। মসিবু ঐখোয়না হন্দোকপা ঙমদ্রিমখৈ কৈদৌঙৈদন্থ নংাক্লা পিকনিবা মচা অসিদা তল পীজবা হায়রবসি ওইখোকত্রানে। অঙাং অসিদা তাথিনা ফুবগী কান্নবা করিনো? নখোয় ঐখোয়গী লাইবক্তা হুমাংনা পুমচোং চোংনা রানা শুকবা তাঞ্জবা চেংচাক পুম্নমক লৌয়াম চাবা কারবার রালাশিংনা মুন্দুনা লৌখ্রবনি। মসি নংাক্লা করিগী খংদবগে? মখোয়না অম্না তৌবসিননি ঐখোয়না শেংপা, চাবা ফংদ্রিবা অতুগা লাইরতুনা লৈরবসে। নহাক্কী নথম্মোয়দা ফাওরিবা অরাম খৌরাংবগী, শেংপা চাবা যংদবগী, অঙাংশিং মনিং থুংহনবা ঙমদবগী চাক্লিবা মৈরাদু ঐঙোন্দদু চাক্লিবনি নহাক অমদি ঐখোয় পে মান্নে।

ঙাইহাক লৈরগা নুপীদুনা মিষ্ট্রিসতগী অঙাংদু থুনা লৌথি-রমই অমদি অঙাংদুদি করিস্থু খংজবা নত্তে, অরাম খৌবাংবদুবু কোকহনবা ৎমদ্রিবা মমা ঐগী ইরালনি হায়বা খংলবদা মচাদুবু নুংশিনা চেৎনা কোল্লগা হন্না হন্না চুপচখি ।

লোয়াম চাবা মশাগীদা খনবা রাজনিতি কা বুশি না মখো-য়গী মতু মচা, শাগৈ নাতৈগী সনা, লুপা, লন-থুম লেপশিনবা মখোয় মশাগী ফম চাওবগীদা খনবা অদুগা মবাল লৈজদ্রবা লোমী শীনমী প্রজাশিংবুনা ওৎ-নৈদুনা হকচাংগী ঈ চুপ্পা প্রজা শিংনা চাদ-থক্তবনা তাইফেৎ তাইবনিকো হাযবসি খল্লবদা ময়া ক্রক ক্রক চিকলমই ।

**মিষ্ট্রিস কাং বান সোক তম্বা খংজিনবা য়াম্মা পামজে পোৎ খুদিংমক মাগী মিৎয়েংদা থাখন্দা চুমদ্রিফাওবা হনবা, লৈতনা মুন্না খল্লি।**

সোক্না কৈদৌঙৈদস্থু অমদস্থু অমদস্থু থৌশাদনা লৈথোক্তে মাগী অকোইবদা থোকখিবা থৌদোক কযাবু মুন্না কুপ্না খিজিন্দুনা মাগী রাখল চাওথোকহন্ননবা হোৎনৈ।

মহাক মণিক চানা উইন কনবী লালহৌবী অমা ওইন্নবা গুণ কযা মশানা শেমগৎচৈ । কা হেন্না খুদোং থিরবা অরা অনা কযাবু মশামক্না কুল্লি ওইনা থেঙনদুনা অনৌবা অমসুং অচুম্বগীদমক হোংবা লৈত্রবা মীখা থানিংদবা, লালহৌবী অমা ওইনা মাযয়োং য়াখি ।

মপাবুং অমসুং মবুংগী থুমাং চাওশিল্লবা মরৈবাক মজাতিবু নুংশিবগী থুহং ইন্দুনা থোকপা ওন্নবগীদমক রাখল, লৌশিং তানশিনবদা মখোয়না তম্বীখিবশিংজুতনা কোইশিন্দুনা—তুংশিন্দুনা থমলমদে, মানা খংদবা অরাৎপশিং পুম্নমক লালহৌবা অমগী ওইকম থোকপা লমচং শাজৎ মগুণশিংবু মশা মথন্তু খংননবা কন্না হোৎনরমই ।

মিষ্ট্রিস সোক্রা স্কুল তমদুনা মরুপ মপাং ময়ামগী নুংঙাইরবা মতমদো খংদনা চাওরকই । মহাক্তি ময়ুমদা মশা মথন্তা লাইরিক কন্না পাদুনা হোৎনরকই ।

হায়রিবা মতমসিদা লৌয়াম চাবশিংনা অচৌবা শক্তিশিংগী মায়কৈদা লৈদুনা প্রজাশিংবু মীনাই ফিজেৎ শেৎহল্লমই অমদি মীগী চৎনবীদা মচু শংজিল্লি । কোরীয়াগী ময়েকপুনা হুম্হনা য়েংই - অদুগা চিনাগী হৌনা-লোনচৎপুনা লুনা নিংনৈ - তন্নৈ । সোকতি লমগী ষন্না মচি শাংবগী থৌদোকশিং অমত্তা মপুন্সি চুপ্পা তৌখিদে । চাকথুমগী থবক তৌরিঙৈদা অশংবা মতম ওাইহাক ফংবদা মজাতিগী মাংখিগদৌরবা ময়েকপু তমশিল্লি । ফিরোল শারুবদা মাগী হকচাং হেক চোকথরকপদা চোকথবদু লাকথুনবা মখোয়গী মজাতিগী ময়েকপু নিংশিংদুনা চোকথবা কাওহল্লি । মুৎশি মুৎশিরবা ময়েক শেংনা উবা ফংদ্রবা মৈওান্দা মনা মজাতিগী ময়েকপু মীনা শিজিন্নবীদ্রবা লুন্দোক্রবা চেদ ইদুনা য়ান্না ৱানা পাজখি । ময়েকশিং মথং মথং নিংশিংদুনা মতম চুপ্পা লৈরমই ।

কনাগুমা মীওই প্রজা খরনা নুপীনা লাইরিক তম্‌গী কান্নবা করিনো হায়না হংলমই ? মতৃদা সোক্রী পাওখুমদি - "The illiterate are no better than the blind and one can open one's mind's eye only when one studies." " অস্নুনা খুনখি । " লাইরিক হৈজবা মীওইশিংদি মিৎতাংবগা পাংখক্লি । কনাগুম্বা অমনা রাখল অমদি পুক্নিংবু মৈঙালগুমা ঙালহনবা তারবদি তম্বতনা ওইহনবা ঙমগনি " অসি হায়দুনা মহাক্না পোখাবা লৈতনা থরায় য়াওনা তমলমই ।

মহাক্না মাগী মপাবুংদগী মরক মরক্তা চাইনিজশিংগী চেৎনবীশিংস্তু তমলমই । মহাক অমুকপু তমথ্রবদি পাক কাওগদে । মহাক্না খংলিবা, হৈরিবা মতিক মগুণ পুন্নমক থবক ওইনা থোরকপদা শিজিন্নবা হোৎনৈ ।

মচা নুপীনা লাইরিক লাইশু তম্বদা থরায় য়াম্না য়াওবসি উবদা মিস্টর কাংদোন উকনা মতম মাংহন্দনা মচাবু য়াম্না কন্না তমী থাকপীরমই ।

অস্নুমা লাইরিক তম্বদা থরায় য়াম্না য়াওরবস্তু তশেংনদি মহাক স্কুলদা লাইরিক তম্বা হায়বহৃদি ফংখিদে । মশা মথন্তা তমজবসিনা মাগী মবুং স্কুলদা নুতিগী চৎলিবা অদুদগী হেন্না খংবা মতাংস্তু য়াওদবা নত্তে । মতাং খরদদি মখোয়গী মতেং সোক্না পাংবস্তু য়াওই ।

মবুংনা থোক্লিবা থৌদোকশিং অতুগা মরৈবাক মজাতিগীদমক্তা পুন্সি কংথোক্লিবা পুংমক মচন্দা লিচুনা হেক হেক তাহল্লি ।

মীতোপশিংনা মখোয়গী লৈবাকপু নমথনিংবদগী লৌতুনবা, অপান্না মিৎয়েংদা য়েংলিবা অমদি নমতুনা লৌননবগী হোৎ-নরিবা কয়াতু মবুংনা লিবতুদি—সোক্লা য়াম্না খোৌরাংনা হুংঙাইনা তারমই।

নুপী অমা ওইবদা চংদবা য়াত্রবা মগুণ, অরাংবা থাক্কী লমচৎ শাজৎ অমদি য়ুমগী ওইবা নুপীশিংনা তৌগদবা থৌদাং পুন্নমক কুপনা মমাদগী তমখি। মরু ওইনা থোংব—থাকপা, লোনবা-খোৎপগী থবকশিংদা মানা হেক ওইহমখৈ শিংথাবা য়াবা মওং উৎননবা হোৎনখি।

মখোয়গী পুন্সিদা অরুবা তাঙ্গা ওইরকপনা সোক্লা চন্নদ্রবা লোয়াম চাবশিংগী চৎনবী শেঙ্গা থুমজা হৈনবী পুন্নমক মতম তুইনা শাংথনা লৈহনবা পামলমদে।

হায়রিবা মতমসি মহাক্তি অঙাং ওইরী। লোয়াম চাবা মশাগীদা খনবা কা বুশিংগী চৎনবী মতুং ইন্না, নুপীশিংনা ফংফম থোকপা মনিং তৌজবতু ফংলমদে অতুগা নুপীশিংনসু মখোয় কনানো হায়বা মশাগী অহেনবা অথোবা লৌশিং, রাখল লৈজরমদে। পুন্নমক মাগী মথা পোল্লমই।

লৈবাক্কী ওইবা লম্বী অচৌবদা নুপীশিংনা চৎপা ফাওবদা থিংলমই। মরম অসিনা অচৌবা লম্বী লৈন লৈন মখোয়দি লম মচেৎ, লম্বী মপান্দা চৎলমই। নুপীশিংনা অকবা ফজবা কা মনুংদা চাক চানবগী য়াথং পীদবনা অমম্বা চাকথুমদা চাক চাহল্লি।

করিগুম্বা কান্দা নুপীশিংনা লোয়াম চাবশিংগী আইন অমত্তং হেক থুগায়রুবদা য়াম্না চাওবা খুদোংথিবা ফংই অমদি ফত্রবা অওম অথৌ, মীতোপ্পা লোইবা গুইশিংনা দণ্ডি হেক্তা পী ।

নুপীশিংগী থৌদাং হায়ববু মখোয়না হায়বা খুদিংদা অয়েৎপা লৈতনা য়াবা মখোয়না হায়বা থবক্তা তৌবা অসিনি ।

অসিগুম্বা লোয়াম চাবা মীনাইনা মপু শাবশিংগী নাতৈ চাত্রবা আইন চৎনবী অসি উরুবদগী সোক্কী থম্মোয়দা মতম পুম্নমক্তা লমন থূম্বা হায়না চপ য়ুংনা লেপথি ।

নোংমা মাগী মতারোইশিংগা প্যোংয়াংদা চৎলমই । মানা য়ুম হেক থাদোকলকপগা য়াম্না থুনা লম্বী অচৌবদা য়োঁরক্লমই অমদি চৎলমই । ময়ামগী লম্বী অচৌবসি প্যোংয়াঙ ফাওবা চুম্না চৎলি । লম্বী অসি পংশাঙ শাংদবনা হন্দোক হঞ্জিন চৎপদা খুদোং থিবা য়াওদনা চৎপা ঙমই ।

মাগী মতারোইশিংনা মিষ্ট্রিস সোক্তা লম্বী অচৌবা চৎপদা অচৌবা অরানবা অমা ভৌরে, নুপীনা চৎপা তারবদি লম্বীগী চিদাইদা চৎকদবনি হায়না য়াম্না কন্না তকশিল্লমই ।

সোক্কী মতারোইশিং অসিদি হায়বা ইনবী তেহল্লবী ডাক-তনি । মখোয়না চৎপদা খুদোং থিরবা লম্বীগী চিদায়দা চৎপসি মখোয়গী মরাইবক্তা তম্লবনি হায়না থাজে ।

মতমতুদা সোক্না মখোয়বু থেমলমই, "এখোয়না অম্লক করবা চাওরবা চৎপদা গুংঙাইরবা লম্বী অসি লৈন-লৈন

মাতোপশিংনা মখোয়গী লৈবাকপু নমথনিংবদগী লৌভুনবা, অপান্না মিৎয়েংদা য়েংলিবা অমদি নমথুনা লৌননবগী হোৎ-নরিবা কয়াদু মবুংনা লিবদুদি—সোক্না য়াম্না খৌরাংনা হুংঙ্হনা তারমই।

নুপী অমা ওইবদা চংদবা য়াম্রবা মগুণ, অরাবা থাক্কী লমচৎ শাজৎ অমদি য়ুমগী ওইনা নুপীশিংনা তৌগদবা থৌদাং পুম্নমক কুপনা মমাদগী তমখি। মরু ওইনা থোংব—থাকপা, লোনবা-খোৎপগী থবকশিংদা মানা হেক ঙম্মথৈ শিংথাবা য়াবা মওং উৎননবা হোৎনখি।

মখোয়গী পুন্সিদা অকবা ভাগ্না ওইরকপনা সোক্না চন্নদ্রবা লোয়াম চাবশিংগী চেনবী শেঙ্গা থুমজা হৈনবী পুম্নমক মতম নুংইনা শাথনা তৌহনবা পামললমদে।

হায়রিবা মতমসি মহাক্তি অডাং ওইরী। লোয়াম চাবা মশাগীদা খনবা কাবুশিংগা চেনবী মতুং ইন্না, নুপীশিংনা কয়ম থোকপা মনিং লৌজবদু ফংলমদে অদুগা নুপীশিংনসু মখোয় কনানো হায়বা মশাগা অংহেনবা অথৌবা লৌশিং, রাখল লৈজরমদে। পুম্নমক মাগী মথা পোল্লমই।

লৈবাক্কী ওইবা লঙ্গী অচৌবদা নুপীশিংনা চৎপা ফাওবদা থিললমই। মরম অসিনা অচৌবা লঙ্গী লৈন লৈন মখোয়দি লম মচেৎ, লঙ্গী মগান্দা চৎলমই। নুপীশিংনা অফবা ফজবা কা মগুংদা চাক চানবগী য়াথং পীদবনা অনথ্বা চাকথুমদা চাক চাহল্লি।

করিগুম্বা কান্দা নুপীশিংনা লোয়াম চাবশিংগী আইন অমত্তং হেক থুগায়রুবদা য়ান্না চাওবা খুদোংথিবা ফংই অমদি ফত্রবা অঙম অথৌ, মীতোপ্পা লোইবা ওইশিংনা দণ্ডি হেক্কা পী ।

নুপীশিংগী থৌদাং হায়ববু মখোয়না হায়বা খুদিংদা অয়েৎপা লৈতনা য়াবা মখোয়না হায়বা থবক্তা তৌবা অসিনি ।

অসিগুম্বা লোয়াম চাবা মীনাইনা মপু শাবশিংগী নাৎতে চাত্রবা আইন চৎনবী অসি উকবদগী সোক্কী থম্মোয়দা মতম পুম্নমক্তা লমন খুম্বা হায়না চপ য়ুংনা লেপখি ।

নোংমা মাগী মতারোইশিংগা প্যোংয়াংদা চৎলমই । মানা য়ুন হেক থাদোকলকপগা য়ান্না থুনা লম্বী অচৌবদা য়ৌরক্লমই অমদি চৎলমই । ময়ামগী লম্বী অচৌবসি পোং য়াঙ ফাওবা চুন্না চৎলি । লম্বী অসি পংশাঙ শাংদবনা হন্দোক হঞ্জিন চৎপদা খুদোং থিবা য়াওদনা ৎেপা ঙমই ।

মাগী মতারোইশিংনা মিষ্ট্রিস সোক্তা লম্বী অচৌবা চৎপদা অচৌবা অরানবা অমা োরে, নুপীনা চৎপা তারবদি লম্বীগী চিদাইদা চৎকদবনি হায়না য়ান্না কন্না তকশিল্লমই ।

সোক্কী মতারোইশিং অসিদি হায়বা ইনবী তেহল্লবী ঙাকতনি । মখোয়না চৎপদা খুদোং থিরবা লম্বীগী চিদায়দা চৎপসি মখোয়গী মরাইবক্তা তম্লরেবনি হায়না থাজে ।

মতমত্তুদা সোক্না মখোয়বু থেমলমই, "এখোয়না অম্রুক করবা চাওরবা চৎপদা কংঙাইরবা লম্বী অসি লৈন-লৈন

কবিগীদমক লম্নাগী চিদাযদা মতো চংকদৌরিবনো ? নত্তে নখোযনা খল্লিবহ্ লান্রে নখোয়না নুপা অমসুং নুপী অর্নাগী মরক্তা লম্বী চংপা ফাওবদা অচৌবা শম্বল খাবা পাব্রা ? ঐখোয় ইশা ঈশানা হায়রিবা শ'ল অসি থুদেক্কদবনি ........ ঐখোয়না ঙসি পৃথিবীগী অতোপ্পা হচিল ইনাওশিংনা চংখ্রিবা নুপা নুপী অনিগী মরক্তা লৈনখ্রিবা ফজববা মরি বরিনো থিগদবনি অমদি ঐখোয় ইশা ইশাবু থাকচবা ওন্নবা হোৎনগদবনি। ঐখোয় প্রুকচেন চাউনা চংশি অমসুং ঐখোয়গী ফংফম থোকপা অধিকার পুম্বা হুক্তিন্নবা হোৎনসি।

সোক্কী খুনাং চাওশিনবা—মীওইবগী হৌনশা রাইহেশি হু তাবদা মতাংরোইশিং প্রুম্মক য়ারমই। মখোয় প্রুম্মক লম্বী চংপগী বিথি-কিকুহ্ৎ থাদোক্লমই অমদি সোক্কী নমাং থাদুনা মতাংবোইশিংনা চিংনবা হঙ্গোইবা য়াওদনা প্যোংয়াঙ ফাওবা চৎলম্নী।

মথক্তা পীজখিবা রারী মংকে ঙসিনা মিষ্ট্রিস সোক অসি যৌনা ফবী পুকচেল চেংপী অনি বদা হোংগন্দবী হায়বসি মযেক শেংনা উংলি। মাগী খুনাং চাওশিল্লবা থৌদাং কয়ানা "সনাজদা অমগা অমগা খেন্নরিবা, লোয়াম চাবশিংগী খুদোং চাবা ঙাক্তা ওইরিবা, মীওইবা তোল্লবা কাংবুবু খুৎকন পাঙ্গনবা মীশিং য়াম্না কাংবুনা মীনাই ওইহন্নবা শিনবা খুজিল থৌরাং পুন্নমক মখোয়গী মখাদা মীনাই ওইবা কোক্লনবা নিংঙ্গীদমক লাল হৌবা ওমখি।

সোক্কী পুন্সি রারিদগী ঐখোয়না থংবা ওমই, মত্তুদি মহাক ফত্তবা চৎনদ্রব, অরিবা থৌদোক নিয়ম নিতি থিবা ওম্বগী

অরাংবা পুকচেল রাখল লৈবতা নত্তনা মহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী য়াম্না নোল্লুকপা পুকচেল শাজংস্থ লোইনরকই হায়বসে ।

মহাক মমা মপাগী য়াথং ইল্লি, মথক যোংবশিংদা ব্যবহার লৈ অমদি মচিন মনাওশিংবু থম্মোয়গা লোয়ননা নুংশি ।

মহাক্না তিন্নরুবা লৈমিন্নরুবা খুদিংদা নুংও ইবা য়ান্না চান্নবা ওই। মতম পুন্নমক্তা ফত্তবা অরানবা তৌবশিংগী মনাত্তগী পে- চানা মমায় লৈথোকই ।

মহাক্কী নুপী অমনা চেনগদবা গুন চংকদবা ফজবা লমচং পুন্নমক চপচানা লৈ। মরম অসিনা প্রজা পুন্নমক্না মহাক্কাদমক চাওথোকচৈ অমদি অফবা তৌবগীদমক মহাকপু মচা মও রারক- নবদা খুদম ওইনা ঙাংনৈ ।

মসিগী অরাংবা ফজরবা রাখল, লমচংশিং অসি সোক্কী অঙাং ওইরিবৈগী মরমদগী হৌনা ময়োন চোংখি। মাগী অফবা রাখলশিং অসিনা অফবা লালহৌবা নুপা অমগী য়ুমগী মবেম্মা ওইবদা মংিক চপচাবী ওইখি।

**মিষ্ট্রিস কাং বান সোক নুপীশিংনা হিংননবা লানফম- দা লান্থেংনবদা চেনাগদবা গুন অমসুং লমচং শাজং পুন্নমক চেল্লি। অহোংবা পাম্বা লালহৌবা অমগী অফবা নুপীনি অমসুং নুপীশিংগী ফিদম্নফমনি।**

মিষ্ট্রিসনা য়ায়া থাজনা, থম্মোয় শেংনা মাগী মপুরোইবগী নিংতম্বগী লালহৌদা মঙেঙ পাংখি ।

করিগীদমক লম্নাগী চিদায়দা নচেত্তা চংকদৌরিবনো ? নত্তে নখোয়না খল্লিবতু লায়ে নখোয়না নুপা অমসুং নুপী অনীগী মরক্তা লম্বী চেংপা ফাওবদা অচৌবা শন্বল থাবা পাররা ? ঐখোয় ইশা ইশানা হায়রিবা শদল অসি থুদেক্কদবনি......... ঐখোয়না ওসি পৃথিবীগী অতোপ্পা ইচিল ইনাওশিংনা চংখ্রিবা নুপা নুপী অনিগী মরক্তা লৈনখ্রিবা ফজরবা মরি করিনো থিগদবনি অমদি ঐখোয় ইশা ইশাবু থাকচবা ওন্নবা হোৎন-গদবনি। ঐখোয় পুকচেল চাউনা চংশি অমসুং ঐখোয়গী ফংফম থোকপা অধিকার পুন্না হজিন্নবা হোৎনসি।

সোক্কী খুমাং চাওশিনবা—মীওইবগী হৌনশা ব্রাইহেশিংতু তাবদা মতারোইশিং পুন্নমক য়ারমই। মখোয় পুন্নমক লম্বী চং-পগী কিথি-কিরুস্থা থাদোক্লমই অমদি সোক্কী মমাং থাডুনা মতা-রোইশিংনা চিংনবা হঙ্গোইবা য়াওদনা প্যোংয়াও ফাওবা চৎলম্মী।

মথক্তা পীজখিবা ব্রারী মতেক অসিনা মিষ্ট্রিস সোক অসি থৌনা ফবী পুকচেল চেংপী অনিংবদা হোংগন্দবী হায়বসি ময়েক শেংনা উৎলি। মাগী খুমাং চাওশিল্লবা থৌদাং কয়ানা "সমাজদা অমগা অমগা খেন্নরিবা, লোয়াম চাবশিংগী খুদোং চাবা ভাক্তা ওইরিবা, মীওইবা তোল্লবা কাংবুবু খুৎকন পাঙ্গনবা মীশিং য়াম্বা কাংবুনা মীনাই ওইহন্নবা শিনবা খুজিল থৌরাং পুন্নমক মখোয়গী মখাদা মীনাই ওইবা কোক্লনবা নিংতম্বগীদমক লাল হৌবা ওমখি।

সোক্কী পুন্সি ব্রারিদগী ঐখোয়না থংবা ওমই, মতুদি মহাক ফত্তবা চংনদ্রবা, অরিবা থৌদোক নিয়ম নিতি ঝিংবা ওম্বগী

অবাংবা পুকচেল রাখল লৈবতা নত্তে। মহাক অপাং ওইরিঙৈদগী য়াম্না নোল্লুকপা পুকচেল শাজৎন্ নোংইনাকই ওইরবসে।

মহাক মমা মপাগা য়াংং ইহি, মধক চোংনাশদা ব্যবহার লৈ অমাদ মচিন মনাওশিংবু থম্মোয়গা নোয়ননা নুংশি।

মহাকনা ভিন্নরুনা লৈমিন্নবনা খুদিংদা নুংং ইবা যানা চান্নবা ওই। মতম পুম্নমক্তা ফজবা অরানবা চেকশিংগা মনাওগী পেচানা মমাব নাথোকই।

মহাক্কী নুপী অমনা চেনগদবা গুন চংকদবা ফজবা লমচৎ পুন্নক চপচানা লৈ। মরম অসিনা প্রজা পন্নবনা মহাক্কাদমক চাওথোকচৈ অমদি অফবা তৌবগীদমক মহাকপু মচা মগু ব্বারকনবদা খুদম ওইনা ঙাক্নৈ।

মসিগী অরাবা ফজরবা বাখল, লমচংশিং অসি সোক্কা অমা ওইনিংঙৈ মংমদগী হৌনা ময়োন চোংখি। মাগী অফবা রাখলশিং অসিনা অফবা লালহৌবা নুপা অমগী যুমগী মবেম্মা ওইনদা মপক চপচানা ওইখি।

**মিষ্ট্রিস কাং বান সোক নুপীশিংনা হিংনবনা লানফমদা লান্থেংনবদা চেনগদবা গুন অমসুং লমচৎ শাজৎ পুন্নমক চেল্লি। অহোংবা পাম্বা লালহৌবা অমগী অফবা নুপীনি অমসুং নুপীশিংগী ফিদম্নফমনি।**

মিষ্ট্রিসনা য়ম্না থাজনা, থম্মোয় শেংনা মাগী মপুরোইবগী নিংথম্গী লালহৌদা মংগাং পাখি।

লমচৎ শাজৎ ফজবী মিষ্ট্রিস সোক মরৈবাক মজাতিবু লুংশিজবা অহোংবা পাম্না লালহৌবা অমগী ইমুংদা লুহোংখি।

শোক ১৯০৮ দা মশাগী চহি ১৭ শুবদা জ্যাপানিজশিংগী মায়োক্তা লালহৌবা নুপা মিষ্টর কিম হ্যোং জিকতা মিষ্ট্রিস লুহোংখি।

মিষ্টর কিম হ্যোং জিক শোক ১৮৯৪ গী জুলাই তাং ১০ দা মেওয়োংদাদা পোকই। মহাক মিষ্টর কিম বো হোনগী খ্বাইদগী ইহল হনবা মচা নুপানি।

কিম হ্যোং জিক অঙাং ওইহরিবৈঙেদগী হৌনা বুদ্ধি লৌশিং লৈবা অমদি অৱানবা তৌবশিংগা তিন্নবা য়াদবা নুপা অমা ওই-রকই। মহাক্কী পুকচেল চাওবা অসিনা মাগী মরুপ মপাং কয়া-মরুম লৈরমই। মতম পুন্নমক্তা মহাকপু মীপুম খুদিংনা অঙাং ওইহরিবৈঙেদগী হৌনা থাজে।

মহাক জ্যাপানিজশিংগী মথক্তা লাল হৌবদা য়াম্না থরায় য়াওরা নুপানি। মপাবুংগী খুদুং ইন্দুনা অঙাং ওইহরিবৈঙেদগী মশুন্তা খুৎলায় পায়দুনা মপা লৈবাকপু নিংখা তমহন্নবা, মপা মপুগী চেন-পথাপ জাতিগী মাংখ্রগদবা নমগৈ অমদি প্রজাশিংগী নুংঙাই য়াইফবা পুরক্কবগীদমক জ্যাপানিজশিংগী মায়োক্তা অঙকপা ফংনা লাল হৌরকই।

মতম কুইনগী মমাংদগী কাং বান সোক্কী মবুগা মহাক্কা মরি লৈনদুনা লালহৌগী থবক তৌমিন্নরকই। কিম হোং জিক স্কুল তম্রকপদগী মনিং মথা তম্বগী লান্দা য়াওদুনা লাকই।

কোরীয়াগী নুংঙাইবা, নুমিৎ তাবা হৌরক্লবনিনা মতমচুদা মশাগীদা খনবা খর নত্তো - মীপুম তিংনা চাকখাওনা য়াঙদা নপ্লবা ঙাক্তনি। মিষ্ট্রিস সোক্কী মপুরোইবা মিষ্টর কিম হ্যোং জিক্কী ইমুং মনুংসু য়াম্না লাইরবা অনংবা ইমুং ওইরমই।

মখোয়গী ইমুং মনুং পোাংয়াংগী জুংসোংরী হায়বা মফমচুদনি মখোয়গী পুন্সি হিংননবগী লম্বীদা য়াম্না ফত্তবা খুদোং চাদবা ওই-রমই। মফমচুদা শুফম চৎফম লৈতবদগী মেঙয়োংদাদা মপু-বোক্কী মনাক্তা হোংলগা খর ফগদ্রা খনবদগী হোংখিবনি।

মাগী মপুবোক্না লৌয়াম চাবা অমদগী (Sandang) য়ুম অমা রাইরমই। মফমচুদা মখোয়গী ইমুং পুল্লপ লৈরমই অমদি লৌপুদগী লৌ শান্দুনা লৌ খোইরমই।

☆ মসিগী অরায়বা য়ুম অসিবু য়েংলগা প্রজাশিংনা
মমিত্তা মপি তানা ঙসি কাওবদা কপলি।
মীওইবা অমনা হিংননবগী থেংনবা লাল অসি
অসুক রাখিবোইরেকো! প্রজাশিংগী, মরৈবাক
মজাতিগীদমক থোৎ-নৌরবা-নৌরবী অনিনা
য়ুমচুদা লৈদুনা থাঙখিবা অরাবচু ঙসি ফাওবা
প্রজা খুদিংনা মমিত্তা শং-শং উরি। য়ুম
অসি ঙসি ফাওবদা মেঙয়োংদা য়ুম হায়না
খংনদুনা নিংশিং খুদম ওইনা থমলি।

হায়রিবা মতম অসিদা "মেওয়োদা" তুরেলগী নপান্দা লাইরবা খুঙ্গং অমা ওইনা লৈ। মফম অসিদা কাওলিয়াং, পেনিক, লোল অমসুং নুঙ-হরায় হৌই।

লৌযাম চাবশিংনা প্রজাশি বু মবম অমা নত্রগা অমা পীজনা উৎতুনা ওৎ-নৈবী। মহে মবোং যোক্তত্না লৌ অশানমন হেক ফংদনদা মখোনা লৌউবদগী লৌ লৌথোকই, মখি।

অসিগুম্না নুংশি নৈনবা চরা নবা হিংবগী কাগ্রবা পুসি মরক অনিদা মিইর বিম তো জিক্কী ইমুং মনুং ভবম খোরাং-বর্গ। নানা খুমগী অবাবমদা লেক যারমই।

মিভর কিম হো জিক্কী মনাও নুপা কিম তো, বোরা মাগী ইমা মগী লাইবক বিবর্ণা মরমদা নিংশি হলি অগদি নমিনা শ্রীনদা অকবা রাখল পীরি।

"ঐখোযগী ইমুং মনুং নো উই অজুবু ঐখোযনা বোনগুম্না পায়া পানা থোংবা চিঙ্গাক -দানা চাজনা মতম খুদি নক্লা পুসি তিই। ঐনা অতো ওইরিবৈদা ঐখে যগী পুমদা অংগোম্বা মা— (অতিথি) লাকপা মতমদা ঐগী অচল ওইরবা চবোক্না করা রায়া রাখিবগে তাববদো ঐহাক নিংশি লি।

"নোংমা মীতোপ অমা ঐখোযদা লাক্কমই। ঐনা চাকখুমদা লৈরিবা ইবেনবোক্লা হলমই অংগাম্বা (অতিথি) অমত্তা পুসি লাররা? ঐখোযগী চাকস্থ নত্রগা দানাগুম্না থোলবা চিঙ্গাক অসি শোয়দনা অমুক রাৎলগনি, রাৎলোইদ্রনে? মবেনবোক্লা খুমকই, তোয় তৌজিক ঐখোযদা (অতিথি) মকুপ মপা লাকে। তৌজিক

চিঞ্জাক থিরুনবা অতোপ্পা উপায় লৈতে অদুনা হান্না থোংলিবা অসিদা ঈশিং হৈজিন্দুনা দানা অসি য়ামথোকহন্নবা হোৎনবা তারে। মসি থোক্লরগনি হায়বসি হান্না খংবনি। ঐখোয়গী ইমুং মনুংগী পুন্সি অসি অহেক্কী মতিক লাইবক থিরে ঐহাক স্কুল চৎপা শুমদ্রবনি, মরম অসিননি মেংয়োংদাদা ঙসি কাওবা লৌ-উহনা লৈরিবসে!"

অসুম তৌনা মিষ্টর কিম হ্যোং জিক্কী ইমুং-মনুং অসি মতম পুন্নমক্তা লন থুম লৈতবগা, শেংন-চানবা রাৎপগী অরাবা ময়াম থেংনরমই অমসুং রানা শুহনা পুন্সি হিংননবা হোৎনরমই।

মিষ্টর বিম হ্যোং জিক্কা অঙাং ওইরিদৈদগী লাইরবগী লাইবক চাং য়েংন য়েংন—হি হোনবা অমা ওইনা চাওরকলমই। লৌয়াম চাবশিংগী ওৎ-নৈবা শাসনগী মায়োক্তা য়াম্না কন্না য়েংতুনা মরৈবাক জাতিবু নুংশিবগী যুমকম চেংনা শেমগৎখি।

**মিষ্ট্রিস কাং বান সোক লালহৌবা ইমুং মনুং অমগী ইহুন হনবী মমৌ নুপী ওইরমই অমদি মশামক য়ুমদুগী তৌক্ষম থোকপা থৌদাং কয়া পাক্লা চাওনা শরুক্ক য়াখি।**

মিষ্ট্রিস থৌনা কবা লালহৌবা ইমুং মনুং অমগী ইহুন হনবী মমৌ ওইরে অমদি মশামক য়ুমগী অরুব্বা অরাবা থৌদাং কয়া নোক্ক নোক্ক মায়োক্লরে।

মাগী মপুরোইবগী ইমুং মনুঙসি মীশিং য়ামই, মখোয় পুল্লপনা মশিং তরানিথোইনি।

মাগী মপুরোইবনা ছাত্র ওইরিভৈদগী হৌনা লালহৌগী অচৌবা থৌদাং শরুক য়াবনা মরম ওইহুনা য়ুমদা ইরৈ লৈরমদে। মীশিং য়াম্বনিনা মথোয়গী ইমুং মন্নুংদু খুদোং য়ান্না চারমদে। মরম অসিনা য়ুমগী অরাং অপা কয়া মেনথোক মেনশিন তৌবদা য়ান্না রারমই।

মিষ্টর কিম হ্যোং জিক্না মাগী ইমুং মন্নুংগী ফিভম অরাবদা তারে খংলবস্তু, মপা লৈবাক্কী রাখলগী পন্থংফন্না হেন্না মরু ওই হায়না খল্লি অমদি মাগী পুকচেল থক হোংখিদে।

মিষ্টর কিম হ্যোং জিক মপা লৈবাকপু মনিং মখা তম্বা হনজিনহন্নবা য়ান্না থাজবগা লোয়ননা লাইরিক তমগদবনি খল্লহুনা মহাক প্যোংয়াং, সুঙশিল মিদল স্কুলদা লাইরিক তম্বা লোইরগা সুনরা স্কুলদা অমুক চংহুনা খুদোং থিবা কয়াবু তুংওইনরগা অফবা অরাংবা লৌশিং জ্ঞান ফ ননবা হোৎনখি।

মমৈথংদা লালহৌবগী থবক্না য়ান্না কনশল্লরুবদা মহাক লাইরিক তম্বা তম্নায় চল্লকপদা স্কুল থাদোক্ত্রুনা চংখি অমদি সুনহরা স্কুলদা লৈরিভৈদা লালহৌবগী থবক থৌরম খুদিং পাকথোক চাওথোকহল্লমই।

মহাক্কী মপাবুং কিম বো হ্যোন মচানা সম্রাজ্যবাদি জ্যাপানিজশিংগী মথক্তা লাল হৌবা য়াওবা উবদা য়াম্না হরাওজখি অমদি "লৈবাক অমগী প্রজাশিংগী নিং তম্বা, হৌন লোনচং পুম্নমক লোথোকপ্রবদা প্রজাশিংনা অপাম্বা অতৈ করিস্থ লৈতে

মতুবু মাঙহন্দনবা থিংবা, হঙ্জিনহনবা অসিতনি" অসি হায়রহুনা মপানা মাবু পুক্লিং থৌগৎপীখি।

থৌগৎপীবনা মরম ওইরদুনা মিষ্টর কিম হ্যোং জিক্লা মাগী লাইরিক তম্বগা লালহৌবগা চপ মান্ননা পুখৎলক্লমই। মহাক্লা লালহৌবগী মরমদা কুপ্না তম্লমই অমদি তম্নবা মতুংদা লালহৌই।

মাগী মপুরোইবনা য়ুমগী অরাৎ অপা নৈত লাইরশিংদা য়েং-শিন্দ্রবস্থ, মিস্ট্রিসনা খক শাওদে ৱারৌদে। মতুগী মহুত্তা মরৈবাক মজাতিগী ৱাখল থনবা মীখা পোনবা পামদবা নুপা অমগী নুপী ওইরী হায়না মহাক্লা চাওথোক্লা হিংজে। মহাক্লা মপুরোইববু লালহৌবগী থবক্তা হেন্না কৎথোকপা ঙম্নবা, য়ুমগী অকুপ অতা কয়াদা চেকশিন্না য়েংই অমদি চাওরবা থৌদাং কয়াদা শরুক য়াই।

কিম হ্যোং জিক অহানবদা প্যোংয়াং স্কুঙশিল মিদল স্কুলদা ছাত্র ওইরম্বদগী সুনহরা স্কুলদা ওজা ওইখি। মতমসিদা মহাক্লা অরোনবা পাও চৎননবা নিংতম্বগী লান্দা য়াওননবা কাংদোং অমসুং সোঙচোন্দা তুমিন্না কাংলুপ শেমদুনা নৈবাকসিগী মফম কয়াদা শন্দোক্লুনা মাগী মজাতিগী নিং তম্বগী লালহৌ হেন্না খুমাং চাওশিন্নবা হোৎনৈ।

মনিং মখা তম্গী লান্দা য়াওরিবশিংনা মিষ্টর কিম হ্যোং জিক্কী ময়ুমদা অহিংদা লাকই। মখোয়না ফত্ত হৌদি পৈশিনবা শঙতোপ্তা মী থংহন্দনা অহিং লেপ্লি অমদি নোং ঙান্দ্রিঙৈদা মফম থাদোক্লুনা চৎখি। মখোয়না মখুত্তা খুৎলাই লোয়নৈ। পুরিবা

খুংলায়শিং অত্থু মখোন থোক্লনবা চেক মোক লাউদনা চেক-শিন্না শেন্নরিবা অত্থু মরক মরক্তা কাত্থুগী মন্নুংদগী তারমই। মখোয়না খুংলায় ময়াম পুল্লপনা প্নশিল্লি অমদি অতোপ্পা মফম অমদা থৈদোকখি।

য়াম্না নোল্লক্না থরায় য়াওনা মিষ্ট্রিসনা মাগী মপুরোইবগী য়ুমদা লাক্লিবা, কৌরিবা কমরেডশিংবু মতেঙ পাংই, সেবা তৌই।

মিষ্টর কিম হ্যোং জিন্না মাগী কমরেডশিংগা থোদাং কয়া পাংথোক্লবগীদমক নুমিদাংরাই য়ুমদগী হেক্তা থোকখি অত্থুগা নোং ঙাল্লমদাইদা হল্লকই। মতম অয়াম্বদা মাগী খোংগ্রাওত্থু অয়ক্কী লিক্লানা হেক হেক চোংলকই।

অসিগুম্বা অসিবু সোক্লা রারোদে, রাকৎতে। মাগী মপু-রোইবগী শেংননবা ফি-রোল অমথক্তা লৈরবস্থু মতম খুদিংদা অরেবা অত্থুদি লূনা নাম্না থমই। মহাক্না চাক থোংনা থোংনা নোংমদা ফি তরারক শুব মতম য়াওই। মানা মদূ করিস্থু রা-রোদে। মাগী মপুরোইবগা নিংখা তম্বগী লান্দা থবক তৌমিন-নরিবা ঙাক্তনি খন্দুনা হেন্না থরায় য়াওশিন্না, মশানা য়ানিংনা থবক্তু ইলাই লাইনা তৌথোকই।

অস্থুম্না তৌবসি লালহোবা অমগী ইমুং মনুং অমদি লাল-হোবা অমগী নুপী ওইবগী খ্বাইদগী হেন্না অরাংবা তৌদবা থ্রাদ্রবা মথৌনি হায়না মানা খঞ্জে।

মরম অসিনা মিষ্ট্রিসনা হেক ঙম্বমথৈ মশাত্থু খিৎপা মথৈ কন্না হোৎনৈ। অহিং থেংলবা ফাওবদা ঙাইহাক্তা পোখাবা লৈতনা

মাগী মপুরোইবগী মহৎ শিন্দুনা থবক ওই। অহুবু মাগী মায়-থোংদা অরাবনা অমকপা পাবদি ওনখিদে।

**মিষ্ট্রিস ইমুং মনুংগী পোৎ খুদিংমক মফম চানা থমই অমসুং লালহৌবা অমগী ইমুং ওইবদা য়াম্না লু-হেন্না থম্বদা মতিক চাহল্লি। লাইরবা খুদোংথিবা কয়ানা কোইশিন্দুনা লৈরবসু মানা ঝনাগুম্না অমদা য়েৎলুবা লৈতনা মশাগী হুমাং মমন্তনা হিংননবা হোৎনখি।**

হিংননবগী লম্বীদা, কিহনবা, খুদোংথিবা কয়া থোকপদা মিষ্ট্রিসনা করিসু নাচুংলনদে। অসিগুম্বা অসি কনাগী মতেং থিরুদনা মশাগী মরোশিংনা অমদি হুমাং মমল্লা লাম্হোক্লবা থবক ওই। মহাক পোৎ খুদিংমক য়াম্না চেকশিন্না লিক্লা শিজিন্নে অমদি শোইহন্দনা তেকহন কাইহন্দনা থমই। ব্রাৎলিবা পুন্নমক ফংননবা লৈশিন্নবা হোৎনৈ লোয়ননা পুসিগী হিংবদা চংবা মরম কয়াগুম্বা ব্রাৎপদা সোক্লা নাচুংদে। মাগী লাইরবা প্রজা শিংদা নমথবসু তৌখিদে।

মতম লৈবা খিবিক্তা মহাক্লা পোৎ খুদিংমক চল্লফম খংনা কান্নহল্লি। হেন্না মহয় চান্নবা, নাতৈ চানবা, থবক্কী মওংনচিংবা মুন্না কুপ্পা থিজিল্লবা মতুংদা মহ্ তোঙান তোঙানবা মফমদা শিজিন্নে।

সোক্লা পোৎ খুদিংমক য়াম্না চেকশিন্না কুপ্পা নৈনৈ খং-দোকই অমদি য়ুমগী থবক্তও য়াম্না কন্না শু-নোমই।

মাগী মপুরোইবগী য়ুমগী কাচিন অমদাময়ি চৎলবা লৈবাক্সা শাবা চক্ু অমা লৈ। অকায়বা মকনদু মহাক্সা কি মচেৎ অমগা চক্ু শানবা লৈখোমগা য়ান্নরগা মেনশিল্লি অমদি শীজিন্নৈ। অতোপ্পা ময়ি অমমুক চৎলকপদা মদু মানা য়ুমগী কাচিন্দা নিংথিজনা থমই।

মিষ্ট্রিসনা ময়ি চৎলবা পাত্র অদু খক হুন্দোক্কে। মদু মানা অমুক ফজনা মোরামোত তৌহনা শেমজিল্লগা শিজিন্নৈ। অসুম্ন চক্ু অমা কাওবা মহাক্সা হুন্না হুন্না মেন্দুনা শিজিন্নখি। চক্ুদু মেন্দুনতা শিজিন্নবদা অক্তৌবা পাত্র ওনখি।

☆ মসিগী ঈশিং চক্ু অসি মখোয়না লৈরম্বা মেও-য়োংদাগী মল্লবা য়ুমহৃদা লৈরি। চক্ু অসিনা ওসি কাওবদা মুপিশিংগী ফিদম্নফমগী মশক ওইরি।

মিষ্ট্রিসনা মাগী চরুনা শাবা ফেনাং শেমজিন শাজিন্দুনা ফজনা থমই। ফেনাংকী খুগাশিংনা তুমশিন্দুনা শিজন্নবা য়ারকত্রিওৈগী মমাংদা চরুনা শাবা অকনবা থৌরি মচাশিংনা কন্না নপশিন্দুনা তৎখিদনবা হোৎনৈ। মসিনা ফেনাংশিংনা কুইনা চংলি শিজি নৈ। অগাংশিংগীদমক্তসু ফজনা শেমজিনবী, অঙাংশিংনসু মতম কুইনা শিজিন্নবা ওমই অনদি মখোয়গীদমক চরুনা শাবা ফেনাং অসিতমক লৈবী। মহাক্সা কনাদসু য়েংনিংদে লাল্লুনিংদে, কল্লকউদে, চরুনা শাবা ফেনাং অসিনা হেন্না পুক্লিং

থিংজিল্লমই। লাইরবগী ফেনাৎ অসি সোক্কী মফমদদি সনানি। ইনাক খুনবা মচাশিংনা তোংবা রবরগী খোংঙুপকুম্না ইচম চম্না হু-নাল্লি।

☆ ইরৈপাক্কী ওবোংনা মীরৈপাক্কী শামত্তুদগী
হেনবনিবো মীখা পোল্ল কান্দা থংলক্কনি।

কুম অমগী চহি হৌবা নংননবা সোক্কী মচাগীদমক মকুবোক্লা চকনা রেংতনা ফেনাৎ অনিথক শারমই। মতুগী (শিনচোং) ফেনাৎত য়াম্না ফজবা ফেনাৎ ওইরমই।

মিষ্ট্রিসনা অঙাংবা, শংবান্নবা অমসুং নাপ্ মচুগী ফি মচেৎ খোমজিল্লগা ফেনাৎতুদা য়েংশিল্লি। অদুদগী মহাক্না মখুৎনা ফজরবা লৈশিং অমদি কুরাক জুরা অমা য়েক্তুনা খোংপাক মথক্তা নপশিল্লি। হৌজিক্তী লৈতেংলবা ফজরবা ফেনাৎ ওইরে।

চহি হৌবা নুমিৎকী অয়ুক্তা মাগী পাক্লিবা মশু নুপাদগী খুদোল পোৎ ফংলবা মতুংদা মপ্বোক্লা লৈতেংবা মচু মচুগী ফেনাৎ পুথোক্লমই, উৎলমই অমদি হুংয়রমই।

"নুংশিরবা জুংসন, হৌজিক ফজনা লৈতেংলবা খোংউপ সেন্দল জুরা অমা নংগীদমক লৈরে করিগীদমক পৃথিবীসিদা নংগী লৈরোইদগে?"

অপিকপা মারসাল সেনাপতি অসিনা মাগী লৈতেংলবা ফেনাৎ মতম শাংনা কুইনা থমজখি।

☆ জুংসন-হায়বসি কমরেড কিম ঈল সঙগী অঙাং
ওইরিঙৈদা মখোয়না নুংশিতুনা থোনবা মিংনি;

মিষ্ট্রিস কাং বান সোক ফিভম য়াম্না ফজ্রবস্থ মতুগীদমক মানা নিংবা কায়বা তৌরমদে অমদি য়াম্না লায়রবশিংদা কৈদৌঙৈ-দস্থ নমথাক তৌদে।

মেঙয়ো দা চীংখোঙদা লৈরিবা চরুগী থাংপোক্কুগী মনিং থংবদা য়াম্না চাওবা ওমথবা চীংতুম অমা লৈ ।

কমরেড কিম ঈল সঙনা মরুপ মপাংসিংগা হায়রিবা চীং অসিদগী য়াম্না হরাও তথাম্না নাংবা শান্নবনই। মবম অসিনা চীং অসিগী মমিং " SSOLMAE BAWI " নাম্ভবী চীং কৌনৈ । চীং অতুদগী রা মচেং তঙ্খায় অমদা তোংলগা চীংখা তান্না নানথবা মরম্না মাগী মফি মরোন্দু য়াম্না থুনা নুমিৎ নিনিমুক শিজিন্নরগা হেক্তা মোংলি অমদি শেগাইরগা থমজিললি। মাগী খোঙউপ অমদি মফিশিং যুটবল শান্নবদা হেক্তা শেগাই। অতুম ওইনমক সোক্লা পীক্রিবা মচা অত্রবু বৈদৌঙৈদস্থ মাগী বেংল অমদি নানথবী শান্নবা অতুদগী তোকহনখিদে লেপকনখি ।

মহাক্লা পিক্লিবা মচা অত্রবু লৈংস-লাইরগী মমিনা কুপশিনদূনা নৌরিবা রাখন্দা অমকপা, নুংঙাইতবা ময়োল চোংহললেংয় হায়না থনখি ।

মচাগীদমক রবরনা শাবা বোল লৈবা ওমদবা, উন মথক্তা নানথবী শান্নবা চাকা-নানথবী লৈবা ওমদবা, মতুগী মহুৎতা অনৌবা উগী উশাদা অতুগা চরুগী বোল শাত্নুা কাওহনবা পুম্ন-মক য়েংহনুরগা সোক্লা পুক্লিংদা য়াম্না নুংঙাইতনা কপখি ।

মচা অসিনা নোংম নোংমগী চাওরক্তনা তঞ্জা মেঞ্জা, অফ-ফত্তু খংলক্লবদা মফি মরোল শেগাইগনি মোংকনি কিবদগী অসি-গুম্বা শান্নবদগী তোক্লমই। পাও অসি হেক খংবগা মাগী মচাদা হায়রমই—করিগী নহাক ফি শেংলোইদগে। পুক্নমক নহাক্কীনি, লিংজেন পানবা, নশাগী থবক নশানা তৌজবা অমা ওইনা নংতা চাওখংলকও; মপুং ফাবা ওইরকও; ইচাগী করিমতা ইমানা ৱাং-হললোই। ঐনা নুমিদাংৱাই মতম ঙাইহাক থবক শুবদা লশিংগী ফি খরদি শাগনি, পুন্নমক নহাক্কী মতিক চাগনি। অতুনা নঙনা পামজবা ফুটবল অমদি নানথবী অতুম—নহাক্না হেক পামলিবা মথৈ শান্নৌ!

☆ "অঙাং য়োকপা য়াম্না লুই মচা অমা চাওরগা
ওইরিবা ফিভম, পিক্লিঙৈদা মমানা শেম্বী-
খিবহনি।"

মিষ্ট্রিসনা য়ুমগী থৌরম যৌদা খুদিংমক লেপ্পা লৈতনা মেনশিললি। মচাশিংবু পোৎ খুদিংমক লিক্না ফজনা শিজিন্নৌ মীওইবনা পোৎ-চৈ ৱাখন্দা মীনাই ওইহনগন্নু হায়না পারা কয়া তম্বীখি। মাগী ৱাখল চংনবী অসি য়াম্না পুকচেল চাওবগী মগুন-শিংনি। নুপীশিংনা মঙোন্দগী তমজগদবনি।

**মিষ্ট্রিসনা নোল্লুকপা ৱাঙাং, ফজবা লমচৎ শাজৎ, থবক্তা পুক্নিং চঙগনবা, ৱাখল থনবদা মরু ফংনা থনবী অসে নুপীশিংগী পুন্সিদা তমজনিংঙাইনি।**

সোক্না হরাও তয়ান্না মায়যোংগা লোয়ননা ম.গী ইমুং মন্নুংবু লু-নাননা ক্ষজনা থমই অমদি লৈবদা শান্তি কংবা নুংঙাইবা য়ুম অমা ওইহল্লি.।

মিষ্ট্রিসতি মতম লৈবা খিবিক্তা মাগী ইমুং মন্নুংগী পুক্সিদা য়াম্না থরায় য়াওনা পুক্নিং চংখি। করিগুম্বা মতমদা ইমুং মন্নুংদা খুদোংথিবা থোরক্লবদি মানা লঙলা লংজিন পুথোক্লমদনা তুমিন্না খক লৈথোক্তে ।

নুমিৎ খুদিংগী মাগী ইমুং মন্নুংগী লৈরিবা মী অয়াম্বা থবক কন্না শুই অদুবু মখোয় "দানা" চাদুনা হিংলমই। করিগুম্বা কান্দা চরা অহুমলক ফাওবা চাননবা দানা থোংননবা শক্তি, পোৎচৈ লৈরমদে মখোয়গী পুন্সি হিংবগী মওং অসি হেক ঙম্বমখে খুদোং থিরমই ।

হায়রিবা মতমসিদা মাগী মচন নুপীসু "জুদান রী" ঈযৎতা লুহোংগদৌরি। মাগী ইমুং মন্নুংনা য়াম্না লাইরবা ফিভমদা লৈরম্বনা অসিগুম্বা নুংঙাইরবা থৌদোক অমা লাকপসি ফাওবা মখোয়দদি খুদোং য়াম্না থিরে ।

মখোয়না অহনবা ফিরোন অমত্তসু লৈদুনা থোনবীবা ঙমলমদে। হান্নগী অরিবা ফি-রোন ময়ামদু শেংনা শুদোকপীরগা লুহোংবগীদমক শেম শাখি। মাগী মফি ময়রান অমদি কোল-লিক ময়ামদু হাপ্পনবা উপু মচা অমত্তা ফাওবা লুহোংবদুদা উনবীনবা উপায় লৈরমদে। মখোয়গী য়েংলু য়েংলুবদা অরাৎপগী অরাৎপা

ভাক্তা ভায়রমই। লাইবক থিরবী মচন হুপীহৃদি করিমতা য়াও-থিদনা লুহোংডুনা অনৌবা য়ুম অমদা চৎখিদৌরি।

মসিগী খল্লবদা মাগী মনেম্বোক অমদি অতোপ্পশিংনা অৱাবা অমম্বুং ইকায়বগী হুংশা মপী হোনখি। মনেম্বোক্না মচাহুপী লুহোংবদা করিমত্তা উনবীদনা ইহাং হাংনা লুহোংগদবত্থু খল্লবদা মপুক-নিংদা পাখৎতুনা ৱারিবত্থু মিষ্ট্রিসত্থু চপ চানা মনেম্না ৱারিবত্থুমক মপুক্নিংদা ৱাজরমই। সোক্না মনেম্বোক্তা হায়জরমই "ইমা অত্থুক য়াম্না ৱাবীরুম্ন। ঐগী লুহোংবদা উল্লকপা উপু মচাসে মাগী লুহোংবদা উনবিথ্রসি।

মসি হৌজিক অহনবা অমগা মান্নবা লৈরী। সোক্কী অৱাংবা ফজবা পূকচেল, ৱাখল অত্থুবুদি মনেম্না থাগৎলমই।

অত্থুম ওইনমক মনেম্বোক্না মমৌনা ইলাই লাইনা হায়-জবত্থু য়ারমদে।

মনেম্না হায়রমই "অত্থুম তৌগম্নু" মসিগী উপুসি নঙনা ঐখোয়গী য়ুমদা লাকপদা পুরকপনি, নত্রনে? চিলগোলদা লৈ-হৌরবী নঙগী ইমা বাজিনা শানবা হোৎনরকপদা য়াম্না ৱাবা ফংথিবনি। অত্থুবু নঙনা পিথোকথ্রসি হেক্তা হায়রি.........! মনেয়া অমুক মখা তারকই নহাক্না হেক লুহোংবদগী ওসি ফাওবদা নুপা ময়ুমদগী করিগুম্বা থুদোল পোৎ অমত্তা ফাওবা ফংজ-দ্রিবনিনে নঙদি!

"অত্থুবু ইমা" করি মতত্থু য়াওদ্রবসিদা উপু মচা অমা ফাওবা উনবীদনা মহাকপু করম্না লুহোংগদৌরিবনো হায়না

তকশিল্লমই। ইমা—করিগুম্বা কান্দসু ঐখোয়দি লাইনা ফংবা য়াই হায়না খললি।

অসি হায়রদুনা সোক্লা মাগী চেকশিন্না তকথোক নাম্থোক্লুনা থমজরবা উপুদু পীথোকখি। করিগু.া লৈতেং অমত্তা য়াওদ্রবা উগী উপুদু ননো অতে অমত্তা উবা ফংদ্রে। মথংগী অয়ুক্তা উপুদু "দুদান ব্রী ঈথং" ত.ন্না হিদা পুহনখি।

☆ মসিগী মতম্বা অমত্তা ঙাইরবা উপু মচা অসি হৌজিক ফ.ওবা মেংয়ো.দাদা-নুপীশিংনা মিষ্ট্রিসগী থোংলবা মীনুংশিগী থম্মোয়বু নিংশিংনবগীদমক থমলি।

মিষ্ট্রিসনা থরাই হকচাং য়াওনা চেকশিন্না কংথো.ক্লুনা মনেম মকুগী সেবা তৌই।

করিগুম্বদসু মতম মাংহন্দুনা রারী শাদে। অমুক ঙাংনদনবা মহাকপু করয়নো, কনানো খংহন্নবগীদমক মনেম মকুগী মনাংদা থবক শুই।

করিগুম্বা মাগী মচন নুপীনা অরানবা অমা তৌরক্লবা ফাও-বদা মানা ব্রাখল মুন্না খন্দুনা য়ুমগী অরেম্বী নুপী অমা ওইনা মতম লৈবা খিবিক্তা অসুন্না হায় "ঐনা মচু মঙোন্দা খঙহনগনি রাকংকনি—ঐনা উরগা খংলবা অরানবশিং অহুদি চুমথো.ক্কনি" অরানবদু অমুক ঙাকপীরবসু মতুবু মানা চুমথোকতনা মশামক্লা লোংতুনা থমদে।

মাগী মনেম্না সোকপু য়াম্না থৌজাল হৈবী অফবী অমদি য়াম্না থাগৎনিংঙাই ওইবী মমৌনি খন্দুনা লুনা তৌজে।

মনেমনা য়ুম্লোন্নবশিংদা অস্থন্না নুংঙাইতবা ফোঙদোকই। মাগী থাগৎনিংঙাই ওইবগী পুকচেল ফজবী মমৌ ম্নুপীসিবু নিংথিজনা শেৎহন চাহনবা ওমদবা-লোয়নবা অতোপ্পা কয়াদা মনিং থুংহনবা ওমদবা অসিদা মপুক্লিং নুংঙাইতবা পেন্দবা পোকই।

কিম হ্যোং জিক্লা মেংয়োংদাদগী না-দোং খুঙ্গংগী ম্যোংশিন স্কুলদা চংলমই। মতুদা মহাক্না দোংশাম-রি, কাং-দোং অমস্থং বোংরা রি-নচিংবা খুঙ্গংশিংদা নিংতম লানগী খুমাং চাওশিননবা কন্না হোৎনরমই।

তাতুবু সোকতি অৱাবদা তারবী মনেম্‌ থাদোক্তুনা ইলাই লাইনা চৎপা ওমলমদে। মনেমগী মতুংদা য়াথং মখাদা হিংতুনা লৈরমই। মহাক্না করম্না কান্দা মাগী মনেমগী ফজবা পাওতাক ইন্দুনা মাগী মপুরোইবনা নিংতম লান শোক্লরিবতুদা মতেং পাংবা ওমগদগে থল্লি। হিরম থোদা কয়াদা য়াম্না ময়েক শেংনা কনশিন্না পাংবা ওন্নবা তৌই। শোক ১৯১৭ কী বসন্ত ঋতু চংলকপদা—মিস্ট্রিসনা কাংদোঙদা চৎতুনা মপুরোইবগী মতেং পাংখি।

হায়রিবা মফমতুদা চৎত্রিঙৈগী হি অমগী মমাংদা কিম হ্যোং জিক্লা মার্চ থাদা য়াম্না থোনা ফবা, মপাঙ্গল লৈবা নিংতম লানগী গ্রূপ শেমজিন্দুনা থনমলবনি। মিস্ট্রিসনা মফম-তুদা লৈরবা কান্দা সম্রাজ্যবাদি জ্যাপানিজশিংগী মায়োক্তা লানহোবা কাংবু (কোরিয়ান নেসনেল ওর্গেনাইজেসন) শেমখি। প্যোংয়াঙ সুঙশিল মিডল স্কুলগী লাইরিক লাইশু হৈরবা

কয়াদা পাক-চাওনা য়ারি-য়াওই শাত্না মনিংমখা তত্ণী রিভো সন্দা শরুক য়ানলবা যোররমই। অহনা য়ানা লোয়া থুপনা লৈরম্দগী শিংথাবা য়াবা থোদাং কয়া পাংথোকখি।

অসিগুমা মাওই কয়াদা অমদি ম'ব্রেইবগা লালহৌগী মতেং পাংবা ওমনবর্গীদমক অহিং মুথন্ত অনিদা সোক্লা পোংথাবা লৈরেমা থবক তৌনা মতেং পাংখি।

অহক খুদোংথিরবা মতম অসি ফাওবদা মানা মাগী লাইরবী মনেম্বোকপুদি থক কাওদে নিংশিংবা ভোক্কে।

মিষ্ট্রিসনা মেওয়োংদাদা লৈতৌরবা মনেমবু কাওদোওদা লাকননবা হায়জথিরমই। মসি য়ায়া থেইনা থাপনদে। অত্তবু মনেম অসিগু অদৃমতাই-গুবা নোংদগী পোংথাবা হৈতবনি। মাগী পুন্সিগী মতাং চাদবা খুদোংথিবা কয়াদগী ভাইহাকতা ফাওবা কায়থোক্লনবগী মতম লৈরমদে। চংলিবা চহিতুগী অসেমগী হরাও নুংঙ্গে মতমদা ওইনা লাকলগনি হায়না পাউখুম পীরকখি। মিষ্ট্রিসনা চহি মথার অমা কায়নরফলবী মনেমবু য়াম্না থৌরাংনা য়ানা ভাইখি।

অতনগী হরাও নুংঙৈগীদমক মাগা য়ুমংনবী অমনা মিষ্ট্রিসকী-দমক চেংনা শাবা ওইনমলবা তল অথুম-অংাও খুদোল-পোং ওইনা পীরকলমই।

মিষ্ট্রিসনা মাগী অরাম খৌথাংবতু কাওথোক্লনা, চাদবমখৈ য়ানা খংলগা পীরক্লিবা তলশিংতু অথোংপা চিঞ্জাক থোংহনা

নুমিৎ হুমনি পীজনবগীদমক অইংবা ঈশিংদা তিংতুনা মনেমগী-দমক থমজখি।

অয়ক্কী নুমিদাংগী অশেংবা ঈশিং শিন শিন্দুনা তলতু পুমথদনবা হোংনতুনা মনেম লাকত্রিফাওবা ৱানা ঙাইখি। মাগী মনেম হাননবা হায়নবা মতমদগী নুমিৎ ১০ নি থেঙথনা লাকখি অতুবু হৌজিক ফাওবা তলশিংতু ফজনা অতুম লৈরমই। মাগী মনেমনা তলশিং অতু য়াম্না হাওনা চাখি অমদি থাগৎ ৱাহৈনা অসুন্না হায়রকই। "নহাক্কী হায়বা ইনবা পুক্লিং চংবা মীওইববু নুংশিবগী মওংসে তশেংনা থাগৎনিংঙাইনি।" নহাক্কী পুকচেল শেংবা কৎথোকপা মনেম মতু মপুরোইববু ইশ্বরগুম নিংবা অদুগা নহাক্না হন্দক ঐগীদমক শেম শাতুনা থনমলিবা পুম্নমক অসে থাগৎপা য়াবতা নত্তনা ঐখোয়গী অরিবা ৱারিদা নুপী অমনা নিংথম থাদা উন মথাদগী উহৈ ময়াম খুন্দুনা পৈশিন-বগী ৱারিতু শং শং উই। ৱারিহুদগী নহাক্কীসিনা করিগু তাত্রবনি হায়না মনেম্না থাগৎচখি।

**মিষ্ট্রিস মাগী মচন নুপী অমদি মুমলোহবশিংদা য়াম্না থৌজাল হৈব্বী মরুপ মপাংগী পুকচেল চেনবী নুপীনি।**

মাগী মচন নুপীবু হেক পোকমিন্নবা মনাও নুপীগুম্না নুংশি অমদি য়েংশিনবী।

মহাক্না লুহোংতুনা লাক্লবা মতুং চহি খর লৈরগা মাগী মচন চহি ১৫ শুরকপদা লুহোংখি, খর লৈরগা মপামদা অমুক হল্লকই।

য়াম্না লাইরবা লৌউবা ইমুং অমদা পোকখিবা মরম্না মাগী মচন নুপীনা পাংথে.কপদা ৱারবা থৌদাং কয়া পাং-থোকপদা অৱাবা তাখি। অসিগুম্বা হিংনবগী পঙ্গাও অসি থেংনরুবদা মচন নুপী মীৎকী লায়না অমনা নাখি। মসি মহাক্না লুহোংলবা মতুংদসু অমুক অমুক তোয়না হৌরকই।

মচন নুপীগী অনাবতু ফননবা চেকশিনবীরম্মী, মথরাই হরাওনবা নুংঙাইনবা ৱাহৈ ৱাতা কয়া তাহললমই। মশা পৈরশনা খুকউদা ঙাথহন্দুনা মশম হাৎপী। অয়ুক্কী অমদি নুমিদাংৱাইগী মতমদা মীৎকী অনাবা মফমতুদা থুমগী ঈশিংনা চামথোকপী। মচন নুপীগী মতেং পাংনা পাংনা মতম মাং—হনদনবসু মানা হোৎনরম্মী।

মচন নুপীনা চোং-ফন্দুনা শান্নদ্রিমথৈ চাক লামলোই হায়বসি মিষ্ট্রিসনা উই। মচং ওইবা অফবা চিঙ্গাক খরদং লৈবদা মচন নুপীনা গুহাদা নত্রগা লৌবুক্তা চৎগ্রবসু ঙাইদুনা লৈ অমদি মখুত্তা শিন্নৈ।

মচন নুপীবু ইচম চমনা নুংশিবা অমসুং চেকশিনবতা নত্তুনা মী অমা ওইরবদি করম্না মীগী ৱাখল খনগদগে হায়-বনচিংবা কয়াগু তম্বীখি।

অয়ুক্কী নুমিদাংগী মথোয় অনি পুম্না চাকথুমদা চাক থোংমিন্নৈ। মচন নুপীগী মমাংদা স্তোপ মনাক্তা ফমদুনা কোরিয়াগী ময়েক তম্বীরমই অমদি লালহৌবা ইমুং মনুংগী

মীওইশিংনা ববন্না লমচৎ-শাজং চৎকনগে হায়বন্ত মুন্না তাক্কপারমই ।

মিষ্টিসকী মাপা চানবা ইনবা খাজবা। মসি মনেগী থম্মোয়দগী ফাংনবদৈ অমদি নোংমা নোংমগী লমচৎ ব্যবহার শেন্নাংলকনাম্মি ।

মিষ্টিসনা নোংগোব থংবা চেংদমক খোঙশানখ্রবা মমাদা, ওজুগা মচা বোইদনা অতোবা অরাবা রখনগা পন্থুংফম যৌরা। ওমলমদনা নোংগাখ্রে হায়রবসি হেক অবনা মচন মুপানা মন্থপগী খুদোংথিবা যোকদ্রা খন্দুনা য়াম্না চিংনরম্মী । জ্যাপানিজশিংবু কোরিয়াগী লৈমায়দগা লেখোকখ্রবন্দা মনম্মগা উনরবশিনি হায়না থজন্না । জ্যাপানিজশিংনা ফংদবা দাক্তশিংহ মহাক্না উনবগা খেন্নরা লম্মি ।

বরিশুম্না বান্দা জ্যাপানিজশিংগী মায়োক্পা বিম ঈল সনো চৈংনা নি ওম লাল হৌরকনবদা মহাক্না মনম্বু নিংশিংজে অমদি খোমনা হায়জে "Like mother, like son" চপ চানা মনাগা মচানি খন্দুনা নুংঙাইজে ।

মিষ্টিস কৈরোন লৈকায়বু নকপ মপাং ওইনা যজনা তিন্নবগা নত্তনা মথোয়বু নুংশিনা মথং পাই ।

সোক্কা হেক যুমথংনবা মিষ্টিস কিমনা হৌখিবা রারিশিংবু নিংশি হন্দুনা শিংথারি ।

সোক য়ানা যেৎ নৌরবা থম্মোয চেল্লি। মহাক্না লাইরবশিংবু থরায় য়াওনা মতেঙ পাংই । নোংম য়ুমথংনবী

মুপী অমনা পৈশা (রোন) অহুমখক দরকার য়াম্না ওইরে হায়বসি মহাক্না খংলমই। মরম অতুনা মানা শক খংনবী কনাগুম্বী অমদগী রোন অহুমখক পুম্বিরগা পীরমই। য়ুমথং-নবীতুনা পৈশাতু শিংবদা হায়খিবা নুমিৎ শোইরমই। অতুবু মিস্ত্রিসনা রহৈ অমা ফাওবা হায়রমদে। মাগী কুইমন (শেংনবা ফি) অমা য়োম্থোক্লগা অতোনবা পৈশাতু পীথোকখি।

মহাক্না পোৎ-চৈদা মতেঙ পাংবগা নত্তনা থম্মোয় শেংবা হায়বসিগুম অতোপ্পশিংদা খংহনখি।

অতোপ্পশিংবু মরূপ, মতা শান্নরমই অমদি মখোয়বু রাথল খনবা তম্বীবদা নুংংিলমই। মহৈ মরোং তকপদা মখুৎ চোক-থরবা কয়াগী মনাক্তা চৎতুনা মতেঙ পাংই, লোনবা খোৎপগী নত্রগা ইখোলগী থবক্তগুম অতুমডাই।

কনাগুম্বা অমনা মরাইবক থিতুনা অরাবা তারবদা মানা চৎতুনা অরাবা ফোঙদোকই অমদি থেমজিল্লি। লৈকাইগী মী অমনা হেক নাবগা চৎতুনা হংই অমদি মাগী ময়মদা হৌবা মনামশিং উহৈ হেক্তনা অনাবগীদমক থিল্লি।

অরাবা তারবশিংগীদমক মানা থবক কন্না লেপ্পনা গুদোকপী। মখোয়গী মরক্তা লৈতুনা অফবা থবক তৌই।

তশেংনমক, সোক মুপীশিংগী পুন্সিদা য়াম্না অতাংবী তমজন্নিংডাই ওইরবীনি।

**মীথা থাবা কোকননবা হোৎনবদা শরুক য়ারিবা ইমুংশিংগী অমদি নুপীশিংগী পুন্সিদা খ্রিষ্টস ফিদমনঙমগী মশক ওইরবী অতাংবী নুপীনি।**

মাগী ইমুংগী পুন্সিবু মপা লৈবাক্কী মনিং মথা তম্বা পুরক্লবা হোৎনরিবা লালহৌবশিংগা নকনবা মরি লৈনহল্লমই। প্রজা-শিংবু পুকচেল ফজবা, মুংঙাই য়াইকবা লম্বীদা পুরকনবা শাগৎখি।

**মাগী পুনসি অমসুং থবকশিংবু মপুরোইবগী লাল-হৌবগীদমক্তা কৎথোকখী।**

মপুরোইবগী লালহৌদা হেক ওহমখে মতেঙ পীবগা লোয়ননা মঙোন্দা করিমত্তা হায়রুবা তৌদনা অচৌবা ফামগী থবক তৌদুনা লাকই অমদি অঙাংশিংবু মশানা লাইরিক তম্বীখি।

মহাক্না থবক কয়া শুদুনা লালহৌবশিংগী অচৌবা থৌদাং কয়া পাংথোকপদা মুংঙাইনবগীদমক খুংগু খুৎলাইদা, মচাদগী অচৌবা থৌদোকশিংদা মতেং পীরমই।

শুবা নোম্বা কল্লি হায়দুনঙাই প্রজাশিংনা মুংশিবীদুনা মমমগুম্না লৈরবনিনা মথোয়গী ইমুং মন্নুংশি অতুম লাইরদুনা লৈরমই। মরুপ মপাং ময়াম্না মাগী য়ুম্নদা তোইনা লাকপদি থক তোকখিদে। মেঙয়োংদদা অমসুং কাংদোংদা লৈরবা মতম-দদি অমুক্তা হেন্না তোয়না লালহৌবা কাঙবুশিংনা লাকলমই।

মাগী ইমুং মন্নুংনা নোংপোক থংবা চিনাগীদমক হোংগ্রবদগুই অতুম মীয়ায়া লাকই।

লালহৌবশিংছুগী মরক্তা থরনা নোংমগী থোচং ওইনা লাকপগু য়াওই অতুবু অয়াম্বানদি গুমিং কয়ানিমুক লেক্তনা লৈবগু য়াওই।

লালহৌবশিংনা অচৌবা থৌদাং পুরবা মতমদদি মখোয়গী মতুংদা জ্যাপানিজশিংনা য়াম্না চেকশিন্না য়েংশিল্লমই অমদি তাননরমই। অতুনা মখোয়গী লাকপবা, চংকদবগী অকক্কবা পংশিং লৈরমদে। থরনা অহিং-নোংয়াইদা লাকই, থরনা ইমুং মন্নুংনা চাবা থকপা লোইশিনগ্রবা মতুংদসু মরাকই। অতুনা মখোয়না দনাগুম্নবা চিঙ্গাক্তুনা কাওবা পীজবা ঙমখিদবসু ময়াওই।

লাক্লিবা মীওইশিং অতুবু তরাম তরাম ওকপদা, সেবা তৌবদা মিস্ট্রিসনা কনাদসু রারোদে অমদি ময়ামদা অরাবগী শক্তম করিগুম্বদসু উহনখিদে।

ইমুং মন্নুংদা কনাগুম্না মীতোপ অমা চাকলেন মতমদা থুংলরবদি হান্নমা নিংখিজনা থোং নৌনা সেম শাদুনা থোংলবা চিঙ্গাক্তনা মতিক চাগ্রবদি, লাক্লিবা মীওইশিংদুবু হান্না পীজথোকগ্রগা লেমহৌরিবা থরদুদা ঈশিং য়াম্না হৈজিন্দুনা য়ানশিল্লগা মহি মনাই ওইরবা চিঙ্গাক্তু থক্তনা চরা নোংখরে। অসুম্না পিজ পীথক তৌগ্রবদি মাগী মপুরোইবা অমসুং মরুপ মপাংশিংনা পোংথাদুনা য়ারী শাবদা থোল্লরাং খোইশাওনরোই

হায়বসি মহাক্না খংই। পিশক পিকপা অরাইবা থবক্তগী চীংগুম্না চাওরবা, পনজাও কয়া অরেম্বদা মতম মাংহনদনা মশানা খংনা মখোয়গী মতেং পাওখি।

পুন্নমকশি মিষ্ট্রিসকী অফবা র,খল, ফজব। লমচৎ পুকচেল চাওবগী মওংশিং অদুগা মপুরোইবগী থৌনা ফবা, লমচংকী মগুনশিংনা প্রজা পুন্নমক্না ইকাই খুম্নখি অমদি নুংশিবীখি।

**মিষ্ট্রিস সোক সম্রাজ্যবাদি জ্যাপানিজশিংগী মায়োক্তা লালহৌবদা, অনিংবদা চপ মংনা লেপপী, অমদি য়াম্না তপচবী, থৌজাল হৈবী থম্মোয়না লৈতেংলবী ইমানি।**

কোরিয়ানা নেসনেল এসোসিয়েসনগী মতমদা থৌদোক অমা থোকখি।

শক ১৯১৭ কী শরৎ ঋতুগী নুমিৎ অমদা মিষ্টর কিম হ্যোং জিক্না নহারোনশিংদা মরৈবাক মজাতি মংশিবগী পরাশিং কাওদোকগী ম্যোওশিন স্কুলদা তম্বীরম্মী। মতমদুদা জ্যাপানিজ পুলিস অহুমথক লাকলমই। মখোয়না থাকশাংনচিংবা খুৎলাই য়াল্লদুনা ভাংনিংবা ভাংলমী। অদুবু ছাত্রশিং অদুনা মহু তারমদে। ওজানা ভাংলিবা অদুদা চুপশিনখিরমই মুম্না তারদুনা লৈথোকই।

থুনমক থানাশিংদুনা থেথরিবা ক্লাসতু থুগায়রমই অদুগা মিষ্টর কিম হ্যোং জিকপু ফাজিল্লমই।

ছাত্রশিংতুনা কপ্লমই অমসুং ওজাগী ফুরিৎ পান্নোমদা কন্না পায়রুনা নপশিল্লমই অমদি কোনশিন্দুনা পুলিসশিং অত্তুগী লম্বী থিংলম্মী। মতমতুদা কিম হ্যোং জিক নিংবা কায়বা অমদি জ্ঞান তাদবগী করিগুম্বা খুদম অমত্তা উৎতে। মতুগী মতুত্তা মাবু চেকশিন্না ফারিবা পুলিসশিংতুদা য়াম্না নুং-শিহৈতনা চৈরম্মী। ইখং খংহৌদনা পুলিসশিংতুনা মখুত্তা খুৎলায় পায়রুনা পোখাইহল্লমই অমদি কিম হ্যোং জিকপু পুত্নুনা চৎখিরমই।

চৎলিবা চহিতুগী উনা রানা য়েনিং হুল্লকপা থাদা কিম হ্যোং জিক্না লিংখৎখিবা কোরিয়ান নেসনেল এসোসিএসনগী চহি তজ্ঞায় থর হেল্লকপদা মপুং মরৈ ফারমই। মরৈবাক মজাতিবু নুংশিবা মশিং লাকঙমদনা পুল্লপ পুল্লপ শেমগং-শাগৎপাদা জিক্না থরায় য়াওরম্মী। মথোয়গী থৌদাংশিংবু ময়ুমদতা নত্তনা মচি মচি খূদিংদা পাক্না চাওনা শন্দোকহনখি। মরম অসিদগী সম্রাজ্যবাদি জ্যা-পানিজশিং এসোসিএসন অসিগী থৌরম থৌদা কয়াদা মকোক ঙাওরমই। মসিনা মরম ওইরতুনা কিম হ্যোং জিক অমসুং মেম্বর ১০০ হেন্না এসোসিএসন অসিগা মরি লৈনৈ হায়রুনা লেপ্পা লৈতনা লমদম অসিদগী ফাজিনখি। য়াম্না শেংলবা থৌদোকশিং জ্যাপানিজশিংনা কোরিয়া লৌশিল্লবা মীনাই ওইহনবীরবা মতুংদা থোকপা থৌদোকশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাওবা মীফা মীপুনগী থবক ওইখি। মসিগী থৌদোক অসিনা কিম হ্যোং জিক্কী মৈদা, ঈশিংদা য়েংবা লাই-রায়েল ওইনা মাগী চৎথরক্কদবা লালহৌগী খুদম ওইখি।

হায়রিবা মতমসিদা য়ান্না লুবা তাঙ্গা অমা মিষ্ট্রিসতন্ন্ ওইররে। মসিদগী মিষ্ট্রিসকী থগ্মোয়দা য়েক্লবশিংবু হেন্না ভুক্কৎবো অমদি মখোয়গী মায়োক্তা লালহৌবগী থৌনাদা অকন্বা ইহৌ অমা পীখি।

কিম হ্যোং জিক পুলিগনা ফাত্না পুথ্রবা মতুংদা মানা অরোনবা চিঠী অমা হি-লানবা অমদা শিন্নতুনা মাগী মুপীদা য়ৌহনখি ও'গেনাইজেসনগী অরোন, অথুপ চে-চাং পুন্নমক চেকশিন্না থনজিল্লু হায়না চিঠিদা ইরল্লমই। চিঠিতু হেক ফংবগা মিস্ট্রীসনা মতম মাংহন্দনা ও'গেনাইজেসনগী অরোনবা চে-চাং পুন্নমক মৈ থাদোক্লমই। মীওৎপা জ্যাপানিজশিংনা ও'গনাইজেসনগী চে-চাং ময়াম য়ুমদা লৈরে তারবদা পুং খরগী মতুংদা শগোল তোংতুনা থিবা লাল্লমই। মিস্ট্রীসনা নিংজিং মাংজিংনবা মচেৎ অমত্তা য়াওদনা মখোয়বু ইমুংদা চংবা য়ারোই হায়না থিংলমই অমসুং ভুক্কৎরেবা য়েক্লবশিং অতুগী মমায়দা ত্তিন শিংথল্লমই অতুগা হায়রমই। "থুনমক ইমুংসিদা চংউ। নখোয়না থিনিংবা মওংদা থিয়ু।" অহানবদা জ্যাপানিজ থনাশিংতুনা সোকপ্ কিহন্নবা, মুপী ওইবীগী ধর্ম্ম কয়াবু মাংহননবা হোৎনরমই সোক্কী ইথং খংহৌদবা পাইরক্কী লৌশিংনা অমদি মাগী ফজরবা রাখল লমচৎনা মরম তুনা সিফাইশিংতু কি খঙহল্লমই অমদি হাথু হাথু মফম মরাং খঙহনলমদে।

মসিদগী ঐখোয়না খংবা ঙমই, মহাকসি অনিংবদা য়ানা চেৎনা লেপ্পী অকিবা লৈতবী মুপীনি হায়বসে। মহাক্না হনবা

লৈতনা অংকগা থোনা তুক্কচবগা লোয়ননা য়েক্নবগী মায়োক্তা শোক্নরমই। মহাক অফব্দা খনবা মপা লৈবাক পোক্নফম লম-দমবু নোংম নত্রগা নোংম শোইদনা মনিং তমক্লখিনি খন্দুনা লাল-হৌগীদমক হিংজখিবী নুপীনি। মাগী অহেৎপা থাজবা অসিদা মহাক্না হেক য়ুমথংনবী নুপী অমনা থাগৎলদুনা ইমা 'য়ু' অসুন্না হন্না হন্না কৌরমই। মিস্ত্রিসনা মাগা হেক য়ুমথংনবী নুপীদুগা লালহৌবশিংগী চাক থোংবা ফি-রোল ওবগী থবক তৌমিন্নরনই। ঐখোয়না থবক ওদুনা মখোয়গীদমক কন্না হোৎনবীবসে কান্নবদি করিসু লৈতে। অসুন্না নোংম নুপীদুনা মিস্ত্রিসতা হায়রম্মী। "ইথক যোংবী ইচে" ঐখোয়বুদি থবক কন্না সুনা য়াই, অদুবু মসিগী ক্লান্নবদি লৈত্রে হায়না লৌই। প্রজা কয়া কয়ানা কোরিয়াগী মনিং তদা থুনা পুরক্লগনি ওইরগনি হায়না চহি কয়াগী মমাংদগী হৌজিক ফাওবদা য়ারি শারি অদুবু ওসি ফাওবদা নিংতম্বদি লাকত্রে ফদ্রে।

মরম অসিনা ঐনা খঙ্গবদদি নিংখা তম্বগী য়ারিশি থাজদ্রে। ঐখোয় থাজখিদ্রেনে ?" ...... "মসিদা মিস্ত্রীসনা য়াম্না নুংঙাইতনা পাউখুম পীরকলমই।" ইনাও উহৈশিংনা মাগী মকুম মথা য়োরগা মুনবনি। ঐখোয়গীদি হৌজিক য়াম্না খুদোং থিবা মতম ওইরমই। কোরিয়াগী মনিং তম্বগী নুমিৎ অদো শোয়দনা থুনা লাক্লগদবনি। মতমদুদা ঐখোয় পুম্নমক য়াম্না নুংঙাইনা পুন্সি লেন্দুনা হরাও তয়াম্বা ফংমিন্নরখিগনি। অসুন্না মিস্ত্রিসনা কোরীয়াগী মনিং মথা তম্ববু থাজহল্লমই।

মহাক্কী নহা ওইবগী মমল য়াম্লবা পুন্সি কংথোকপদা নত্তনা মপুরোইবগী লালহৌদা হায়নিংঙাই লৈত্তনা মমল য়াম্বী নুপী ওইখি। মহাক্কী মতেঙদগী মপুরোইবনা নিংতম লালহৌদা মথরায় য়াওনা শরুক য়াবা ঙমখি।

কোরিয়া প্রজাশিংগী মমা অমা ওইনা পাংফম থোকপা মতেঙ পুন্নমক লালহৌবশিংদা পাংখি। হন্না হন্না হায়রবদা মতম পুন্নমক্তা অফবদা খনখিবীনি। মাগী অচেৎপা থাজবনা মরম ওইদুনা মনিংতম্বগীদমক লাল হৌখিবীনি।

মহাক্না য়াম্না চেংনা নিংখিবদি কোরিয়া শোয়দনমক্কী মনিং-মথা তম্বা ফংখিগনি অমসুং প্রজাশিংনা নিং-খা তম্না হরাওবা অনৌবা পুন্সি, ওৎপা, নৈবা, শুদৎপা কয়াদগী নান-থোক্লবা মীয়ান মচা য়াওদ্রবা সমাজ অমা ওইরকখিনি হায়বসি কন্না থাজখি। মপুরোইবা ফাগ্রবা ফাওবদা পুক্নিং থৌনা হন্থবী নিংবা কায়বী অমা ওইখিদে। মপুরোইবগী মরূপ মপাংশিংদা খুংগু-খুংলাই, থৌদাং কয়াদা পুক্নিং চংনা থম্মোয় শেংনা মতেঙ পীখি। য়ুমথংনবা কয়াগী পুক্নিং, ৱাখল, থৌনা কয়া নৌনা ময়োন চোংহল্লি। মখোয়বু মরূপ মপাং অমগী নুংঙাইফম থোকপদু নুংঙাইহন্নবগীদমক খনবদা লুচিঙখি। মাগী পুন্সি পাঙ্গল, থৌনা, লৌশিং পুম্নমক মচাবু অফবা লালহৌবা অমা ওইহন্নবা অদুগা মপাবুংগী অচৌবা অরাংবা ৱাখলদু পাংথোকপা ঙমহন্নবগীদমক কংথোকখি।

**মিষ্ট্রিস সোক কোরিয়া প্রজাশিংগী মমানি। মহাক্না কোরিয়াগী লুচিংবা কিম ইল সঙবু, মপুঙ ফাবা মী অমা ওইহনবীদুনা অৱাংবা থাক্তা পুখৎপীখি।**

কোরিয়া প্রজাশিংগী লুচিংবা অসিবু অৱাংবা থাক্তা মিষ্ট্রিসনা পুখৎলক্লনবা হোৎনখিবগী পাক চাওরবা ৱারী নকম খুদিংমক্তা লৈ। মতেক খরদং লিজগে.........।

মিষ্ট্রীস য়াম্না থৌনা ফবী, চোকথবা লৈতবী, মরৈবাক মজাতিবু নুংশিজবী লালহৌবীনি। মহাক্কী নুংশিরবা মপু-রোইবনা হায়রিবা লালহৌ অসিগীদমক থৱায় মাংথ্রবনি। অদু ফাওবদা মচা অসিবুশু মপাবুংনা তৌরম্বা অদুগা চপ মান্নবা লালহৌবদা থাজিন্নবগীদমক অৱাংবা থাক্তা লৈবা মী অমা ওইননবা হোৎনবীখি। মহাক লাইরিক তম্বীবদা য়াম্না হৈ শিংই। কোরিয়া প্রজা মিলিয়ন নিফুগী লুচিংবশিংবু মীথোই মীহেনবা ওইননবা মহাক্না হোৎনবীখি। মরৈবাক মজাতিবু থৱায় তানা নুংশিবা অমদি মপুরোইবগী ৱাখলগা থাক মান্নবা নত্রগা হেন্নবা মচাবু তম্বীখি। মপুরোইবদি থৌদাং য়াম্বনিনা য়ুমদা লৈবা ফংলমদে। য়ুম হেক থাদোক্লমদাইদা মিষ্ট্রীসতা য়াম্না তোয়না হায়রমই—"মারাসাল সেনাপতি অসিবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎলক্লবা হোৎবদা অদুগা মরৈবাক মজাতিবু নুংশিবা ৱাখল খনহলবদা মিকুপ অমা ফাওবা থওইদবা তৌগনুগো"!

ঐখোয়েগী অঙাং, কোরিয়াগী অঙাং,

থুনা চাওখৎলো অমসুং স্কুলদা চৎলো।

মমা মপাগী হায়বা ইনবা মচানুপা ওইয়ু ।
য়ুমথংনবশিংদা মরুপ মপাং ওইয়ু ।
ইপা লৈবাকীদমক যৌনা ফবা ওইয়ু ।
ঐখোয়গী জাতিগী অথৌবা ওইররো ।

ছেরেং মতেকশি সেনাপতি কিম ঈল সঙনা অঙাং ওইরীঙৈদা মপাবুনা ইবীরমবনি। পীক্লিবা মচানা মসিবু ইশৈ ওইনা শকপা পামখি। মসি মনুংগী রাখল চেনবা মিষ্ট্রর কিম হোং জিব্বী অনিংবা, পামজবনি । রাহৈশিংসি মিষ্ট্রীসনা অয়ব্বী নুমিদাংগী মচা শুহদা নাওতম ঈশৈ ওইনা শকই । অসুম্না মচাসিগী থম্মোয়দা অশেংবা মজাতিবু নুংশিহনবগী মরু হুনবিখি।

মতম লৈবা খিবিক্তা মহাক্তা মচা নুপা চাওবা ওাইছুনা লৈখি অমদি করম্না তম্বীরগা অফবা ওইগদগে হায়বসিদা পুক্লিং চংখি । করম তৌনা খুদোংথিবা কয়াদগী লাম্হোব্বদগে, অচুম্বা লম্বী করিনো খংননবা পিক্লিবা মচাদা চেকশিন্না তম্বীখি। করিশু লৈত্রবা থৌদোক রাহৈ খরগীদমক অমাদশু অমাদশু থৌশাদনা লৈথোক্তে । মচাগী মফমদা অশাওবা, লুংঙাইতবা কৈদৌঙৈদসু উৎখিদে । অতুগা মখোয়বু চুকথোকনবা হোৎনবদা মতমশু মাংহন্দে । মচা নুপা অসিনা নোংম নোংমগী চাও-রক্তনা রা ঙাংবা হৈরক্লবদা মিষ্ট্রীসনা খুদিংমক তম্বীবা হৌই। মাগী মথক থোংবা মপুবোক্তা, মবেন্দা, অপোকপা, অপোকপীদা করম্না নোল্লুব্বদগে হায়না তম্বীখি । অফবী মমাসিনা রাহৈ খর অসিবু থরায় তানা তম্বীরমই । মচানা মাংজিন

থানা চৎননবা, ফিদমনফম ওইবা মী অমা ওইহনবদা মসিনা মতেঙ ওইখি।

রাংবদগী রাংবা অতিয়ানি,
পাকপদগী পাকপা পৃথিবীনি।
নংনা মী অমা ওইরগা
অতিয়ামুক রাংবা ওইয়ু,
পৃথিবীমুক পাকপা ওইয়ুকো॥

অস্নুমা মিষ্ট্রিসনা মচাবু অরাংবা, অফবা রাখল খনহলবতা মানা হেক ওস্বা শক্তি তৌতুনা হোৎনখি।

**মিষ্ট্রীসনা মতমদুগী নহারোলশিংবু মপুরোইবনা হিং-খিবা পুন্সিদুগা মরি লৈননা লাইরিক তম্বীরমই।**

☆ মিষ্টর কিম হ্যোং জিক লাইরিক তম্বা য়াম্না পামই অমসুং লাইরিক তমলিবসি করিগীদমক্তনো হায়বতুগী অচুম্বা পুথোক্লবগীদমক নিয়ম শেমখি। মরাইবক থিবা খুদোং চাদবা কয়ানা মখাং কোয়শিন্দুনা লৈরবসু মহাক্না অচুম্বা লাল-হৌগীদমক হনবা লৈতনা নিংহম্মদনা রিভোল্যুসন হৌখি।

মিষ্ট্রিসকী কৎথোকপা অমদি পুক্লিং য়াম্না চংবসিদা ময়াম্না থাগৎলমই। অসিগুম্বা অরাংবা থাক্কী লালহৌবা মপা, মমা অসিগী রাখন, থৌনা মতৌ তমদুনা নহারোলশিংসু নোংম

নোংমগী চাওরক্লমই। মমা অফবী অসিগী অরাংবা ব্রাখন, লমচেংকী মগুনশিং সেনাপতি অসিনা অঙাং ওইরিঙৈদগী মপুং ফনা চুপশিনখি। নহারোলশিংনা অফবা পাওতাকশিং খংলবা মতুংদা মথক থোংবশিংবু য়াম্না ইকাই খুম্নখি। মরুপ মপাং জাতিগী মীওইশিংবু নুংশিখি অমদি থৌজাল হৈবা থম্মোয়গা লোয়ননা অথাং কনবা মীশক ওইখি। মমল য়াম্নবী ইমাসিনা অয়ুক ওন্তা হৌগৎতুনা লৌবুক্তা চৎখি অতুবু মতম পুম্নমক্তা চাকখুম্নচিংবা পুম্নমক লু-হেম্না ফজনা থনমই। মল্লবা অমোংপা ফিশিং মতম শংদে হায়দুনা শুদোক্তনা থক থমদে। থেংলবা মুমিদাংদা থাবল মঙান্দা শুদোকই।

অহিং নুংথিল অনিদা পোৎথাবা লৈতন ব্রানা থবক শুববু উরবদা মচা অসিনা মমাবু য়াম্না ইকায় খুম্নরমই অমদি মমানা থৌদাদনবা মশানা খংনা থবক খুদিংমক তৌথোকই। মমাগী য়াম্না হায়বা ইনবা মচা অমা ওইনা নোংম নোংমগী চাওরক্লমই। মমানা নিংথম থাগী খারবা উনখা কয়া থাংদুনা মুমিং চুপ্পা থবক শুরুবদগী য়ুমদা হল্লকপদা মচাশিংনা কাদগী চেম্থোরক্তুনা মমাগী মখুৎশিং পায়শিন্দুনা চেৎনা কোনশিল্লি অমসুং ঈংলবা খুৎশাশিংতু অপিকপা মচিন্দগী অশাবা শুর কামথোক্তুনা শাগৎ-নবা হোৎনৈ। মুমিদাং তুম্বা মতম য়োরক্লবসু মমাগীদমক মোনথুম খুমজিনল্লি অমদি মানা হাম্না তুমতুনা শাহল্লগা মমাদা অহুম্না হায়রম্মী—"মামা শারবা মফমসে নহাক্কীনি।"

করিগুম্বদা মমানা চোকথতুনা নারবসু থেংলবা অহিংদা

হৌগৎতুনা মমাগী মখোঙ মখুৎ নোয়বী অমস্তুং অরুম লাই-হৌনা শাগৎলক্লবস্থ লাইবক্তা অইংবা ফিনচিংবা শিজিন্নতুনা ঈংথহল্লি। হায়বা ইনবা মচাসিবু অচুম্বগীদমক অতুগা য়েক্কব-শিংবু য়েংথিননবা রাখন তম্বীখি। মপুরোইবনা জেলদা লৈখি-ঙৈদা নহা ওইরিবা অঙাংশিংবু মপাবুংনা জ্যাপানিজশিংগী মায়োক্তা নিং তম্বগী শোক্লরিবা লালগী মরমদা রারী লিতুনা তাহল্লি। জ্যাপানিজশিং অসি কোরিয়ানশিংগী য়েক্কবতা নত্তেং মখোয়না ঐখোয়গী লৈবাকপু লুট পাট তৌরি অতুনা মখোয়সে শেংলবা ঈ চুপ্পা কাংবুনি। মখোয়না মরাল লৈজরবা জাতিগী লুচিংবা অসিবু ফাজিনগ্রবনি। অতুনা থুনা ঢাওথৎলকও অঙাংশা। য়েক্কবগী মথক্তা কোরিয়া প্রজাশিংগী অমদি নপাবুংগী লম্মন খুমলো অস্তুন্না হায়তুনা নৌরিবা রাখনশিংদা মজাতিবু নুংশিবা, ওৎ-নৈরিবা য়েক্কববু তুক্কৎচবগী রাখন মপুং ফানা তম্বীখি মমাগী রাহৈ রারীশিংবু তারগা মচাসিনা মপাগীদমক খনবা হৌই অমদি য়েক্কবশিংবু য়ায়া তুক্কৎচখি। মপাবুংগী লম্মন খুমগনি হায়না রাশকখি। মতম খর লৈরগা মপাবুং চহিতুগী থংনবা শরৎ ঋতু চংলকপদা জেলদগী থাদোক্লমই।

জেলদা নারকপদগী খর ফরক্লবদা মাগী পন্থংকমগী অনৌবা থৌরাং কয়ামুক্কীদমক পাংথোকপা ঙমননবা নোংপোক থংবা ঢাইনাগী হি-থাংফম তান্না খোংশানখি। মহাক্কী খোঙচৎতুগী মমাংদা মিষ্টর কিম হ্যোং জিক্লা ময়ামদা অস্তুন্না নিংশিংলমই। "লৈবাক্কী নিং-তম্বদি ফংদনা, কাম্লফম থংদনা ঐখোয়না চৎলি,

হংলি মশিগী কামবা করিনো ?" ঐনা য়েরুবশিংগী মায়োক্তা নিং-তম্বা ফংদ্রি ফাওবা লাল তৌগনি। ঐগী হকচাং অসি মচেৎ-মচেৎ শেগায়রফাওবদা ইজাতিগীদমক্তনি হনবা তৌরোই। ঐগী লালহৌ অসিদা ইশামক মায়থিরবসু, ঐগী ইচানা অমুক লোৌখৎচরক্কনি, ঐগী ইচানা মায় পাকত্রবসু ইশু নুপানা মাং থানা অরেপ্পা লৈছনা নিং-তম লাল পুখৎচরক্কনি। অসুম্না ঐখোয়না ইজাতিগী নিং-তম লাল লৌগদবনি।

**মিষ্ট্রিস থাক য়াম্না ৱাংবী অফবী ওজানি। মপাবুংগী মতুং ইনবা ওয়বগীদমক অদুগা জ্ঞান তাবা অয়-বা লম্বীদা চংহননিংবা মচাবু লাইরিক তম্বীখি। মচাগী তুংদা চৎথরক্ক-দবা মরম কয়াদা মাগী অয়ৌবী থাক্তা মতেঙ পিখি।**

মপুরোইবনা তৌখিবা যৌনা ফবগী থবক, পুকলে চাওবা, জাতিবু নুংশিবগী ৱাহৈশিং তোয়না তোয়না মচাদা তাহল্লি মসিনা মপাবুংগী অনিংবা অমহুং খোনাদগী তাথদবা হেনগৎ-নবগী মচাক ওইখি। কিম ইল সঙ অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মহাক্কী মপাবুংদগী ইবা পাবা তমলকই। মমানসু নোংম নোংমগী তমখিবা পরাশিংড় কাচিন কোয়া য়ৌনা নিংশিংহনবদা মপুং ফানা মতেঙ পাংই। মপাবুংগী মঙানগুম্না লংলবা রাখন অচুম্বা পাম্বা, মরিংজেল, লাইরিক তম্বদা পুক্নিং চংবা অহু মচাহসু লৈননবা মিষ্ট্রিসনা পুক্নিং থৌগৎপীখি।

মিষ্টর কিম হ্যোং জিক লাইরিক তম্বা য়াম্না পামই। মহাক্না লাইরিকপু মাপা লৈত্রবা, মমল য়াম্বা পোৎশক্নি

খল্লি অমদি অসুন্না হায়রমই— "লাইরিক হায়বসি রা ভাংদবা ওজানি" অদুম শুইনমক মাচা থায়দবা চয়েৎনবা, বাখলবু ফংহন্দবা, লাইরিকশিংনা মীওইবা অমসুং সমাজবু লৈখা তানা মাংহল্লি মহাক অসিগুম্ব লাইরিক অসি হন্না কাওবা য়েংদে। (নেসনেলিজম) জাতীবু নুংশীবনা য়ুমফম ওইবা মখোয়গী জাতিবু মাংহন তাকহননবা হোৎনরিবা মীওইশিংগী মায়োক্তা ইবা লাইরিক্লা মহাক্কী খ্বাইদগী পামজবনি। অফবা লাইরিক পাবনা কান্নবা মচাক য়ান্না ফংই। মীওইবগী পুন্সিবু শেমগৎলি, অচুম্বা লম্বীদা চৎহল্লি হায়বসি মহাক্লা ময়েক শেংনা উৎখি। লৈপাক্কী খোঁদোক রাথোক্কা মরি লৈনবা লাইরিকসি মানা করিনো হেক্তা লৌরুনবা হোৎনৈ। হেক লৌরুবগা চেথুম অমা পানশিল্লি অমদি অথুবা মতম খরদংগী মনুংদা পাংথোকই পাবা হেক লোয়রগা মতম চানা হনবিখি। মরমসিনা মেতয়োংদগী য়ুমদা থেংলবা অহিংদা মৈতান উই। মহাক্লা অহিংদা থরায় য়াওনা পাবতা নত্তনা নুংথিলগী মতমদশু লাইরিক লোয়নহুনা চৎলি। মহাক্লা লাই-রিক্তগী ফংলিবা লৌশিং জ্ঞাম খবর্ক ওইনা পুথোক্কনা শিজিন্নৈ। কনাগুম্বা প্রজা অমা হেক উনবা মতমদা মীথোই মীহেনবা ওইম্বু অমসুং পাক্লা চাউনা অশা তৌ। অসি হায়তুনা থৌনা পীরমই, থৌগৎপীখি।

ব্রাহৈশিং অসি তুরিনা ইহুনা মাগী য়ুমগী ফক্লাংদা থেংলমই। মসি কাওদোংগী সুনহরা অমসুং ম্যোংশিন স্কলগী ফক্লাংদসু ইহুনা লৈ। মজাতিগী চিরবা মতমসিদা মহাক মশামক অচৌবা অনিংবতু পাংথোক্লনবা, রিভোল্যুসনগী অর্থ মপুং ফাহন্নবা হোৎনবা মৈ ইক্লবা য়োৎকুমলমই অমসুং অশেংবতু ফংনবগীদমক মথং মথং চংশিল্লমই।

মমাগী থৌগৎপীবা, চানবীবা ব্রাহৈশিং অমদি মপাবুংগী অফবশিংদা খুদম কয়া তম্বীরবদা কিম ইল সঙ মশিংঘা থোক্লা মাগী মহৈ তমলমই। শিরুলিদা লৈরগা অহল ওইরবা কিম হায়না থংনবা অমনা কিম ঈল সঙবু কর্ন্না তম্বীখিবগে হায়বতু নিংশিংহললি। শিরুলিদা লৈরিঙ্গেদা মহাক্কী মমিং কিম সোঙ জু কোই। মতম খর শিরুলি প্রজাশিংগা লৈমিন্নরমই অমদি কিম চোল হো, লী গোনবা মথোয় অহম লৈমিন্নতুনা খুঙ্গংতুদা রারি রাতাই শ্যখি। মফমসিদা কিম সোঙ জু বু অহন ওইরবা কিমগী মবাইনা কোরিয়ান ময়েক অঙ্ক তম্বীরমই। পুরিবগী অঙ্ক মওংনচিংবা লেয়া নুপামচাশিংদা তম্বীখি। কিম ঈল সঙনা স্কুল য়াম্না লাপ্পদগী চৎপা ভমদতুনা লী রোঙনা তম্বীখিবনি। মফমতু থাদোক্তুনা চংলমদাইদগু পাওতাক অমদি ব্রাহৈগী অর্থ হন্দোক্লবা লাইরিক্ফচিংবা কয়াসু পীরকখি। শিরুলীদা লৈরিঙ্গেদা কিম ঈল সঙনা অচৌবা অরুবা

লাইরিক ফাওবা পাখি। ফমুংদা তুগ্গা চংলনদাইদা লাইরিক অমদি অতুম মাগী খুত্তা পায়রমই।

মতম পুন্নমক্তা মিস্ট্রীসনা লাইরিক পাকম কা লু হেন্না ফজন। থগী অনম্বুং লাইরিক পারিজৈদো অপনবা পিখিদে। মচানা পাতাওকৌদা য়ুমদগী য়াম্না লাপ্পা লাইরিক তমলিজৈদা মচাগীদমক পুক্রিং নুংঙাইনা ফজ ফজরবা পাম্বী মচা লৈ-শু গয়দা লৈতেংলগা তেবলদা থগী। নিংথম থাদা মচানা লাইরিক পারিবা কাতুদা ইংদনবা হোৎনৈ। মিস্ট্রিসকী পুক্সিদা য়াম্না খুদোং থিরবস্থ লাইরিক্কী মরম পুন্নমক অতুগা কেরোশিন্নচিংবা লৈবা ঙম্নবগীদমক ফিজি ফিনাদা পৈশা থরদা ওইরবস্থ য়েপ-শিন্দুনা মচাগীদমক থমই। মচাগী তুংগী পুক্সিগীদমক খনবদা মিস্ট্রিসনা মচা নুংশিবগী রাখম্না তুঙ্কংহনখিব তৌদে। মচাগী অরাৎপা খুদিংমক পন্থুংফম অমগী অশাগা লোয়ননা মেন-শিনলি। কিম ঈল সংনা চহি ১২ শুরকপদা পাতাওকৌ প্রাইমারি স্কুলগী চহি মরিগী লাইরিক তম্বা লোইরমই হায়-রিবা মতমসিদা মপানশু মচা নুপা কোরিয়াদা হললক্লগনি জাতিগী হৌন-লোনচৎ পুন্নমক তমলরগনি হায়না খললমই। কোরিয়ানা ওইরিবা অশেংবা মশক অমদি প্রজাশিংনা হৌজিক ফাওব লৈরিবা অরাবা কয়াসে হকথেংননা উরগনি। অহুনা মহাক্না কোরিয়াগী রিভোল্যুসন তুং কোইনা তৌহৌরগনি, জাতিগী ইজং ঙাক্লনবগীদমক থরায় য়াওনা লাইরিক তমলরগনি হায়না মপাবুংনা থাজখি। অতুগীশু মথক্তা মহাক্না মেংয়োংদাদা চংলুবগী রারী পুন্নমকশু লীরগনি হায়না খৌরাংনা ঙাইখি।

☆ "ফজবা ফি-রোন শেংহন্দুনা, অহাওবতা পীজরগা তেরা মোমপাক্তা হিপফন্দুনা পুন্সিগী মমল তম্বীদনা ইমাগী ইবুংঙো ইবেংমা হায়বদো মচা নুংশিবা নত্তে।"

নোংমা রাকচিং থা লোইরমদাইদা অরাংলোমদগী উন পুহ্নুনা শিংপা নোং নুংশিংনা য়াম্না কুণ্ডনা শিংলমই। অসিগুম্বা মরকসিদা মচা নুপাহু য়াম্না শাংবা খোঙচং অমা উন্না ফমজিল্লবা টীং মান, তুরেল কয়া লান্দুনা থাগদবসু মমাদদি য়াম্না অরাবা, নুংশাথিবা অমা ওইরম্মী। অহ্বু মিস্ট্রিসনা মচা নুংশিবগী রাখল থাদোক্লগা মপানা মচাবু মমল খংবা মী অমা ওইহ্নুনিংলম্বা অতুগী লম্বীদা অথিংবা থমখিদে, মচাবু চংননবা য়াথং পীখি। থিংবগী মহুত্তা মশানা য়ানিংনা, থম্মোয় শেংনা মফমহু থাদোক্তুনা চংখিনবা মচাদা হায়খি। হৌজিক চহি ১২ তা ঙাইরিবা সিক্লিবা অঙাং অসিনা মাইন লিশিং পাকপ্পবা মফমদা শগোল গারি তোংত্নুনা কাংজেদগী হুচাং ফাওবা চংখি অতুগা মেঙয়োংদা ফাওবা মথোংনা অমুক হল্লকখি। অসিগুম্বা পনজাও কয়াসি থেংনবা ঙম্নবগীদমক মিস্ট্রিসনা মচাবু কন্না তম্বীখি।

মচানা কোরিয়াদা হেক হলকপগা চাংদোক স্কুলদা লাইব্রিক তমহনখি। চহি ২ গী মতুংদা মহাক্কী মপা জ্যাপানিজ লানমিনা অমুক হনা ফাঞ্জে হায়বা পাও তারমই। মপাবুংবু ফাখিবতুগী মরমদা খন্নবা অমদি মমাবু অরাংবদগী ঙাকথোক্লবা চহি ১৪ দা ঙাইরিবা কিমনা রাখল চেংনা খল্লবা মফম মরাং

খংদ্রবা ওক্লবা লমদমতু লাম্বোক্তনা মমাগী মনাক্তা হল্লকখি। কিমগী মমানা মতম পুম্নমক্তা হরাওনা মায়থোং মকা লাম্না লৈ। অতুবু পুণ্ডমদ্রবা অরাম খৌরাংবগী, শেৎপা চাবা মনিং থুংদবগী শক্তমদি অতুম লৈরমই। মঙোন্দা করিগুম্বা অচৌবা অরাবা অমা হেক লাকপদা মহাক্কা পুন্সিগী অরোইবা হায়বা নুমিৎতুমদি থক কাওদে। মহাক্কী পুন্সিগী ডাক্রৌ ওইদুনা লৈমিন্নরম্বা মপুরোইবনা শোক ১৯২৬ কী জুন তাং ৫ দা অরাবা কয়া খাংলম্নগা নোঙ্গাখিরমী। মপুরোইবগা মহাক্কদি পুন্সিগী অরোইবা ফাওবা খুজেং পালোয়নহনা অরাবা কয়াবু মইয়োক-মিন্নসি, চৎমিন্ননি হায়না রাশকনখিবনি।

মহাক্কী মপুরোইবনা মজাতিগীদমক শিবা চংবা কিদনা হনবা লৈতনা হোৎনরমই হায়বসিতনা পনখৈ লাকওমদ্রবা চাও-থোকচবা অমদি চাওরবা ইকাই খুম্নবা অমনি খন্দুনা মিষ্ট্রিস মপুরোইবগী মফমদগী বিদাই লৌজহোরে। মপুরোইবনা য়াম্না নৌনা তেল্লবা পুন্সি মতেক খর লৈরয়গা মশাগী চহি ৩২ শুরকপদা মপা লৈবাকপু মনিং তমহনবগী শারবা রাখম্না অয়োবী থাক্তা হোৎনরম্নবসু পঙ্গুং য়োবা ঙমখিদনা অরোইবা য়াহিপ তানখি। চাদ থক্তবগী, তুমদবগী, মনিং থুংদবা কয়াগী চাক-থেক্লবা রাখন, অরাবা কয়া খাঙলমলগা নৌনা পুন্সি লোমগ্রবদা করি ওইহৌগনি চান্নবী মহাক্কী থম্মোয়দা? লাইমন.........

পুন্সিগী লাইমন.... ....কোকহনবা ঙম্নরোইদবা অথৌবা থাংগী ময়ানা শোক্লবা দাকফম ওইদুনা লৈহৌরে। শারবা কালেন

নুংশাগী মৈশানা থোৎলবী খুজেংদা য়ৈবদা করিবু ওইগদগে? তমথিরবা নোংলৈ নুংশিৎনা হুঞ্জিন হুঞ্জিন ফুদৎপীরবা খাঙ-পোককুমলবা পুন্সিনি মিষ্ট্রিসনা ঙসি ওইরিবসে। অতুবু মানা নোক্লি হরাওনা লৈরি। মপুবোইবগী থৌনা মাখন লিংজেল মঙোন্দা লৈহৌরি খন্দুনা হিংজরি।

মচানা অরাপ্পা মফমদগী মখোংনা মথন্তা লাকপতু হেক উবদা মিষ্ট্রিস থম্মোয়দা হরাওনা নুংঙাইজবগী ঙমখৈ লৈরমদে অতুম ওইনমক মচানা হেক থুংলবগা হায়রিবা অহিংতুমক্তদা লিনকিয়্যাঙদা থাখিরমই। পাতাওকৌদা লৈরিবা মখোয়গী য়ুমহু য়েক্লবশিংনা য়াম্না কন্না য়েংশিল্লমই অমদি মরোল অহুম্না লাঙ্গোই চল্লমই। মিষ্ট্রিসনা য়েক্লবশিংগী মরমচৎ মপুকচেল ফত্তবা পুন্নমক কুপনা খংদোকই। মতম পুন্নমক্তা য়াম্না হৈ-শিংবী নুপীনি। মচানা য়াম্না শাংলবা খোংচৎ অমা চৎলুরবা মতুংদা ময়ুমদা হল্লকপনি অতুনা য়ামদ্রবদা অহিংতুমদি অতোপ্পা মফমদা চৎত্রিঙৈদা ময়ুম দা মমাগা লৈবা পাগনি। ফত্রবা লানমিশিংনা খুদোং চাবা লানওংদা লৌতুনা ইমুংতুদা নত্তবা লমচৎ চৎলক্কনি হায়বসি মহাক থাজরমদে। অতুনা মহাক অহিংতুমদি মমাগী মনাক্তা লৈনিংলমই। খুমিদাংগী চাক চাবা হেক লোয়বগা মহাক্না মচাদা হায়রম্মী—"নহাক্কী পাবুংগু য়াম্না চেকশিন্না লৈহনখ্রে অতুনা নহাকপু অতোপ্পা নয়াম্বশিংগা য়ুমশি থাদোক্তুনা অহিংশিদা চৎপ্রো। লিনকিয়্যাংদা লৈবা নহাকী পাবুংগী মরুপ রো গ্যোাঙতুগী ময়ুমদা চৎলু।

রাহৈশিংসি হায়রহুনা, মতম কুইনা কায়নরুরবা, অথাপ্পা চীং – মান মাইল লিশিং রানা লাক্লবস্থ অহিংতুমক্তদা মচাবু থাদোকখি। অস্থন্না মচা নুংশিবগী অচুম-চুমদা য়েংদনা মচা নুংশিবগী কল্লবা ইহৌদু মায়থুম অমনা ফুপশিনখি। মহাক্না মরৈবাক মজাতিগী অচৌবা থৌদাং অদুগা রিভোল্যু-সনগী নিয়মশিং থুগায়নিংদবদগী মপুক্নুংগী নুংশিরবা মচাদু চেংনা চান্না নাওকোনজবা ঙমখিদে। অকনবা থম্মোয়, পুকচেল অঙাংদুদা তম্বীখিবনা মিষ্ট্রিসনা অন্না অনা কয়া অঙাংদুদা উহন দনবা হেক ঙম্মখৈ খাংহুনা থমখি উহনখিদে। মহাক্কী লাল-হৌনা শোয়দনমক মায় পাক্কনি থাজহুনা হিংলি। প্রজাশিংগী নিংতম্বগী নুংঙাইবদু য়েংননবগীদমক থৌনা ফনা নোক্লি।

মতন্না অস্থম হৌখিবগা লোয়ননা লালহৌবগী মশিংস্থ হেনগৎলক্লমই। মাগী মপুরোইবগী মনাক্তা লাক্ত্না থাজবা ইকায় খুম্নরকপা উবদা মহাক য়াম্না নুংঙাইরমই। নোঙ্গাঞ্জবা মপুরোইবগী ইনবা লৈত্রবা, অরাবা খাংবদা নিংহননদবা, পাঙ্গল লৌশিংগী খুদুং লালহৌবশিংদা ইনহল্লমই। ইকায় খুম্নফম ওইরবা মুপা অমগী মুপীনি থল্লুবদা অরাবগী মহুত্তা নুংঙাইনা চাওথোক্লা লৈবা ঙমই। মরমসিনা মহাক্লা মপুরোইববু য়াম্না ইকায় খুম্নখি অমদি থম্মোয় য়াওনা নুংশিজখি। অদুবু লাইবক থিবদি মিষ্ট্রিসকী মফমদগী নৌনা অরোইবা বিদায় লৌখিবা অসিনি। মিষ্ট্রিসনা অদুক য়াম্না নুংশিজবা অরাংবা ফজবা রাথন চেনবদো অমুক হন্না মিষ্ট্রিসকী নকতা হল্লক্লরোই।

মহাক্না লৈপাক মচেৎ খরা মখুত্তা হাপকৎলগা অয়ুক্কী নুমিদাংগী খ্বায় পুন্নমক্কী ইমা হায়হুনা মরৈবাক্কীদমক তেংথা নাওইজবদো অমুক হন্না মিষ্ট্রিসনা উররোই। মপুরোইবনা চৎলমদাই খুদিংগী মখোংদা খুরুমজরগা মরাইবক কৎচবগু পুন্সিগী ওইনা ফংজন্নরোই। মপুরোইবগা তিন্নরম্বা মরুপ মপাং কয়ামুক্না পোৎ-লোয়ফমদা লাক্তুনা থম্মোয়দা অন্না তেংথা নাওইরবা খোল্লাওনা পেন্না পেন্না লাউরী। চাইনা মচা, মঙোন্দগী কান্নবা বুদ্ধি, লৌশিং ফংজহৌবগু পি তারমই অমসুং মতুং ইনবশিংনা মাগী মোঙফমসিদা লাক্তুনা অরাবা ফোংদোক্লে। হিক্না হিক্না কপ্পুনা মখোয়গী মকোক মতম কুইনা নোন্দুনা ইকায় খুন্নবা উৎলৈ। অদুবু মিষ্ট্রিসতি পি মরিক অমা ফাওবা তাহন্দে। অঙাংশিং লৈরিঙৈদা মমিত্তগী পি তাবা থক উৎতে।

অঙাংশিংবু অরাবা ফোংদোক্লবা ফিজেৎ শেৎপীরগা মোঙফমদা চৎহল্লি অদুগা মাদি চৎতে। থৌজাল হৈরবী পুকচেল তপ্পবী অসিনা কপত্রিবা করিগীনো করম্না হায়গনি···? মহাক্কী পুন্সিগী খ্বাইদগী নক্লরবা, রাখন অমত্তা ওইনা লাল-হৌবগী লম্বীদা পুন্না হিংমিন্নরক্লবা মপুরোইবা অসিনা লৈত্রবদা মানা কপলমলে।ই হায়বসিবু করম্না হায়গদগে···? "তশেংবদি মহাক কনাগুম্বা অমনা কপ্পদগী য়াম্না হেন্না কপ্লিবনি। মহাক্না কপ্পদি ওমচাক্লরবা মৈগুম থম্মোয়নুংদা চাক্লা নুংঙাইতনা কপ্পনি।

করিগুম্না মতমদা মচানা মপাবুংগী মোঙফম চংলুসি হায়হুনা মমাদা হায়জরবসু মিষ্ট্রিসনা মচাবু মথন্তা চৎলু ঐদি য়ুমদা

লৈহৌগনি হায়না খুমখি। অতুবু মিষ্ট্রিস মিৎলু পীরাংগা লোয়ননা মথন্তা হেক হেক চৎলি। মহাক্কী পিরাংশি মপুরোইবা লৈখিদবগী অরাবা পিরাং ঙাক্তা নত্রে। য়েরুবশিংগী মায়োক্তা তমথিবা তুক্কচবগী, মপুরোইবগী অনিংবহু পুথোকতুনা লাল হৌবগী অয়োবী ফোংদোকখ্রবনি। অসুন্না মিষ্ট্রীসকী থম্মোয় সোক্লা অশাবা ফাওহল্লবা ফাওবদা মিৎলু পিরাং তাবদি উহনখিদে। অঙাংবু নিংহন্নদবা লালহৌবা অমা ওইহনবা ঙম্নন-বগীদমক্তা উহনখিদবনি। মহাক্কী থম্মোয়দা মপুরোইববু নুংশিবগী অরাবা ময়ামহ্ থাংবা ঙমদবগী ঈহৌ অমা হেক লাক্কে তৌবগা লালহৌবগী মৈ হৌরবা পুকচেল রাখন্না লাকথুনবা হোৎনখি। মতাং অসিদা মিষ্ট্রিসকী থম্মোয় থোৎপা, কনবা কয়াগী মওং ঐখোয়না উই। মাগী মচাবু য়াম্না অফবা লালহৌবা অমা ওইননবা হোৎনরকপদা মাগী মনল নাইদ্রবা লমচৎ অখাং কনবা কয়াসিনা মচাদা করি ফল পিবা ঙমখিবগে হায়বগু ঐখোয়না খংবা ঙমই। মতম পুম্নমক্তা মচাদা ফাত্তবা চংলক্তনবা খনবীখিবা মমানি।

**মহাক্কা অঙাংশিংবু য়াম্না নুংশিজরমই অমসুং মীথা থাবা কোকননবা হোৎনরিবা লালহৌবশিংগা নক্কা মরি লৈনহল্লমই।**

মাগী ইমুং মনুংগী লৈজবা, পুন্সি পুন্নমক লালহৌদা মতেঙ ওইহনখিবগুম নুংশিজরবা মচাশিবুগু চাওরবা থৌদাং

লালহৌগীদমক্তা থন্দুনা য়োকখি। পোক্রফম লমদমগা মচাগা চপ মাননা মিস্ত্রিসনা নুংশিজে।

☆ মমাগী ফজবা লমচৎ, ধর্ম্ম, মপাগী অরাংবা রাখল অমম্বুং অচুম্বা নিংথিবা লমচৎনা মচা অমবু মীথেংই মীহেন ওইহনবা ঙমই।

মহাক্কী পুন্সি হিংবদা য়াম্না খুদোং থিরবশু মচা নুপা কিম ঈল সঙবুদি মপুরোইবগী অপাম্বা অনিংবগী মতুং ইন্না লাইরিক তম্বীখি। মপুরোইবনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মচাবু অতোপ্পা লৈবাক্তা থাদোক্তুনা লোইবা ঙমলমদ্রবা লালহৌগী রাখল্লা মাংওইনহন্দুনা লালহৌ কনথৎনবা হোৎনবীখি। মপুরোইবনা লাইরিক তম্বা পামজরদুনা মিস্ত্রীসনশু মচাবু লাইরিক কন্না তমহনখি। কিম হ্যোং জিফ্রা মাগী শিরমদাইগী ফমুংদা মচাদা মথাগী রাহেশিং অসি হায়রম্মী

"ঐনা, ঐগী অনিংবশিংদু পাংথোকপা লোইরমদনা শিবা তারে। অদুবু ঐগী থাজবদি নঙোন্দা লৈহৌরবনি। নহাক নঙগী পোক্রফম নরৈবাক অসিদা পোকপনি, চাওবনি হায়বসে মীকুপ অমা ফাওবা কাওগনুকো। নহাক্কী শরুশিংনা মকুপ মকুপ কায়রবশু অমদি নহাক্কী হকচাংগী শদোংশিংনা মচেৎ মচেৎ শেগায়রকাওবদা নহাক্কী মাংলবা নজাতিসে অমুক মনিং মথা তম্বা পুরক্লমগদবনিকো। ইপাবু অমতা ঙাইরবা ইমা অসিনা লমদম অসিদা অমুক পোকপীরকখিনি হায়না থল্লি। ঐগী হকচাংসে কাঙদোং তুরেলগী তোর্ব্বান্দা যুম্মু— পোক্রফম লমদম ইপা লৈবাক মনিং তম্বা ফংলসনু"

কিম হ্যোং জিক্না মাগী নোংমৈ পিষ্টোলন্থু মচা নুপা কিমনা চাওরক্লগা পীযু হায়ন্থনা মিষ্ট্রেসতা শিন্নরমই। মহাক্না মসিমন্থু হায়রমই, নহাক্কী য়াম্না অরাবা খুদোংথিবা লৈরবন্থু মিদল স্কুল ফাওবদদি অওাংশিংবু লাইরিক তন্বীয়ুকো। রাহৈ-শিং অসিনা পুক্সিগী অরোইবা মিষ্ট্রিসকী মকমদা অমুক হন্না তাবা ফংলরোইদবা খোঞ্জেল ওইখিরমই। মহাক্না লৌহৌরিবা অচৌবা থৌদাংশিংন্থু কোক্লনবগীদমক হেক ঙম্বমথে থবক ঙুথি। মপুরোইবনা শিথ্রবা মতুংদা য়েক্লবশিংগী ওং-নৈবা অমম্থং লায়রবনা মরম ওইন্থনা মহাক্কী ইমুং মনুং য়াম্না অকিবা অমগু ওইহল্লমই। অন্থবু অরেপ্পা অনিংবা পম্নংগী রাখন মথাদা মচাবু মিদল স্কুল ফাওবদি অওম্বা শক্তি তৌন্থনা ঙমহনখি। ফি লোনবগী অমদি ফিগু ফিজাগ্বী অমা ওইনা মপুরোইবগী অনিংবশিংন্থু থুংহননবা নুমিৎ চুপ্পা থবক ঙুথি। অন্থবু খ্বাইদগী য়ামলবদা জোন (রুপা) মঙোত্তমক তানবা ঙমই। মহাক্না পৈশাশিংন্থু নিংখিজনা মশিং খিজিনলগা ঙম্বমথে তুঙশিল্লি। অস্নুম্না মহাক্না মচাবু চিলিন্দা লৈবা য়ু রেন মিদল স্কুলদা লাইরিক তম্বা থাবা ঙমখি। মিষ্ট্রিসকী পুক্সি হায়রুন্থনা কান্নদে অরাবগী অরাবা, অরুবা তাঞ্জা ঙাক্লা ওইরমই। মহাক্না মচাগী লাইরিক তম্বগী অচংবা পৈশা পীবদা নত্তনা মরৈবাক মজাতিবু নুংশিজবা লালহৌবশিংদন্থু মতেঙ পীখি। মহাক্কী হকচাং য়ান্না শাথিনা শোক্লে অন্থনা য়ান্না তোয়না ফমুংদা লৈরমই। অন্থম ওইনমক মতেঙ পাংবদি মিকুপ অমা ফাওবা লেপখিদে। মরম

অসিনা মপুরোইবা অমসুং জাতিগী থবক তৌমিন্নরম্বা মরুপ মপাং পুন্নমক্পা মিষ্ট্রিসনা কয়া য়াম্না লম্বী হিরম কয়ামুক্তা থম্মোয় শেংনা মতেঙ পাংখিবগে হায়বত্ব ফজনা খংই। মচা-মশু মতম পুন্নমক্তা শেন থুম লিক্না শিজিন্ননবা হোৎনৈ। মাগী মমানা স্কুলগী খরচ পুবা ঙম্নবগীদমক কয়া য়াম্না রানা হোৎনবগে হায়হত্ব নিংশিংই। ফি অথাবনা শাবা খোঙউপ লৈরুবত্ব মত্ব মানা স্কুল কাবদতা তোংই।

মচাগী লাইরিক লাইশু তন্বদা থরাই হকচাং কৎথোক্লুনা হোৎনখি হায়বগী মচি মচি থুদিংদা ঙাংনবা রারি লৈ। কিম ইল সংনা শিঙলুঙটশনগী অন্টু প্রদেশতা লৈরিঙৈদা থোকখিবা থৌদোক অমা নিংশিংহল্লত্বনা অহল ওইরবা লি' না হায়… মিষ্ট্রিস তশেংনা ইকায় খুম্নবা য়ারবী নুপীনি। নোংবা অহিং অমা খুঙ্গংত্বগী অকোয়বদা ঐগী ইথৌ তাত্বনা কোয়না চৎলমই। ঐহাক্না স্কুলগী মমাংমক্তদা লান্দুনা মৈঙান্দা চৎলমই অমসুং মিষ্ট্রিসনা মৈগী মখুন অমগী মনাক্তা ইকোন কোল্লত্বনা লৈ-মায়দা তাত্বনা লৈবত্ব অহোবা অমখক্তা উরম্মী। থেংলবা মতমত্বদা কুময়িন শেৎনবা ফিগী ফিবান্দা য়েক্লিবা অনৌবা উশা মানবা মল্লবা লৈরোংশিংত্ব হন্দোক্লমই।

মহাক নারে হায়বসি খংলে খোঞ্জেল তারে। মরমসিনা মানা খুৎকী থবক্তা লেপ্তনবা মল্লবা লৈরোংশিংত্ব হন্দোক্লি-বনি। থেংলবা অহিংত্বদা মানা স্কুলত্বদা থবক শুবা লেপ্তনবা হোৎনরিবা অত্বগীদমক ঐনা মঙোন্দা থাগৎপা ক্লাইহেশিংগা

লোয়ননা মনাক্তা চংশিল্লমই । মানা ঐবু হেক উবদা থুনা হৌগংলক্লমই অমস্তুং তুমিন্না লৈয়ূ হায়হন্না মখুংনা মচিন্দা ইঙ্গিত তৌরমই, অতুদগী মপান্দা ঐবু উনবা থোরকই । মহাক্না হায়রকই—সোঙ জু হৌজিক থেংলবা অহিং ফাওবা হল্লকত্রি । মরমসিনা করিগীদমক হল্লকত্রিবনো হায়বত্তুগী মরমদা মচাবু থিবা থোরকপনি ।

সোঙ জু লাইরিক অমা পারুবদগী পুক্লিং লুপখিহন্না ঙনবা থেংবা মতম খংখিদ্রে । মরম অসিনা ঐনা মহাক্ তাহন্দনা তুমিন্না মৈ হৌরিবনি নত্রবদি মাগী লাইরিক পাবদা অকায়বা পীবা য়াই । মাগী ৱাহৈশিং 'সিনা ঐবু ৱাখল খনহল্লি অমদি মফম 'সিদা মমা ওইবদা মতিক চাবী নুপী অমা লৈরে হায়বসি ময়ামদা উংনিংই। অস্তুন্না খল্লহন্না ঐহাক ইকোক নোল্লহন্না ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা মফমদু থাদোক্লমই। মিস্ট্রিসনা মচাদা কয়া য়ান্না থম্মোয় হকচিন্না নুংশিজবা ফহননিংবা পুম্নমক ঙমথৈ নাইদে। মচানা থেংলবা ফাওবা লাইরিক পারুবদগী থোরকপদা.........সোঙ জু, লাইরিক তমল্লিঙৈদা নশা য়াম্না চেকশিল্লু। ঈংলবা কান্সিদা অত্তুগা মতম চানা চাবা থকপা তৌদ্রবদি নহাক নারক্কনি হায়রম্মী । মিস্ট্রিসকী পুক্লিং লুম্না ঙাংবা মচাবু অহিং মুংথিল কয়াদা অৱাবা মরক্তা লংশিনৱা অসিনা, কনাগুম্বশিংনদি মচাদা ইচম চম্না নুংশিকম থোকপা মঙোন্দা লৈত্রে মচাবু লাক্লে, ৱাহল্লি হায়না খনৱা য়াই ।

অহুবু মঙোন্দদি হয়েংগী মচা নুপাসে ঙসিমক ওইহল্লিংই

অমস্তুং মপা লৈবাক্কী মচা কয়া কয়া মচাগী মমাংদা চোং-থোকহন্নিংই। মসি অঙাংশিংগী তুংদা ওইহৌগদবা, হিংহৌগ-দবা পুন্সি অমস্তুং লালহৌগীদমক্তা খনবীবদগীনি। মহাক্না মচাবু করম্না অরাংবা থাক্কী ফিদম্নফম ওইবা লালহৌবা অমা ওইহন্নবা হোৎনখিবগে হায়বগী মরমদা মসিগী তেল্লবা চাও-থোকনিংঙাই ওইরবা থৌদোক খরসিনা পীরি। মানা পামজবদি মচানা ফিদম্নফম ওইবা লালহৌবা অমা ওইরকপনি। মসিনা মাগী অমত্তা ঙাইরবা পুন্সিগী অশা অমস্তুং হিংবগী মমলনি খল্লি। চেকশিনবী' মতিক চাবী মমানা শেমগৎলবা মচানি নোংম নোংমগী চাওখৎলক্লমই। মচা অসিস্তু অরাংবা রাখল য়াম্না মিৎ-না শিংবা খং হৈবা ওইরমই। মানা হৈরুবা খংলুবা পুন্নমক থবক ওইনা চৎথদুনা নৌরিবা রাখনবু পাকথোক চাও-থোকহল্লমই অমস্তুং থবক খুদিংমক নিয়ম নাইনা নৈনৈ চাং য়েংই। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা করিগুম্না অমত্তং থিবদা য়াম্না হকচিনবা অমস্তুং অচুম্বগী রাখল লৈরমই। মহাক ছাত্র অমা ওইবতা নত্তনা অশেংবা রাখন্দগী রাজনিতিদা পাক্না চাওনা নৈনবা অখুবা রাখল পুকচেল লৈতবা অমস্তু ওইরমই। অচুম্বগী লম্বীদা চৎলক্লবা অঙাংশিংবু হনবা লৈতনা খোংফম নামা লেঙদনা থৌনানা অরোইবা ওইনা মায়য়োক্লরবদতা ইপা লৈবাক্না মনিং তম্বা ফংগদবনি হায়না মমানা পুক্লিং থৌগৎপীখি।

মিষ্ট্রিসনা অঙাংশিংবু মুংশিবদা অখাকপা লৈরমদে। মচা মুপানা জ্যাপানিজশিংগী জেলদা অখাং কনবা, হায়দোক্লবা

চাংয়েং কয়া য়েংলুরগা মশাহু তাইকেং তাইনা ময়াং কংনা য়ুমদা হল্লকপদা মনাদি নাতুনা লৈরমই, অদুবু মিষ্ট্রিস নিংবা ফাওবদি কায়দে। অহোইনহুম হনবা লৈতনা, পোংথাদনা লাল চেংথ-গদবনি হায়না পুক্লিং, থৌনা থোগৎশিখি। মিষ্ট্রিসনা মশা ঙমদহুনা লৈবসিনা মচাবু নিংথিজনা শেম শাহুনা পিজ পিথক তৌবা ঙমদবসিদা য়াম্না নুংঙাইরমদে! মহাক্কী য়াথঙ্গদি মচাবু ফজনা পিজ-পিথক তৌরবদি মশা ফগনি, য়েক্লবগা লম্বা পাবা ঙমগনি খল্লি। অরৈবা চাবা য়াবা মানা-মশিং খরদং থোংলবস্থু মহাক্কি হেক ঙংমথৈ মহাও লৈনা ফজনা থোংই অহুনা মচানা পুক্লিং তানা চাক লাম্বা ফাওনা চাজৈ। অদুম্না মহাও লৈনা থোংবা অসে মচানা মমল য়াংা, কানরবা পোংনি খন্দুনা চাবদা মমানা য়াম্না নুংশিজৈ হৱাওজৈ। মচানস্থু মমাগী থরায় য়াওনা নুংশিবীবহুদা লাম্না থওইদনা লৌদে। কেথোক মৌ-থোকপা থক তৌদে। কিম ঈল সংনা মাগী মরুপ মপাং লালহৌবা কয়াহু য়াম্না নুশিবীথি হায়বসে মীপুম তিংনা নিংশিং-হল্লি। মমানা পোং-চৈ মচি ওইবা টিঙাক থোংবগুম্না মহাক্লস্থু থোংহুনা লালহৌবশিংদা তৗখি। কিমচি পোং পুহন্দনা থম্নবা মহি মনাই করম্না শেম শাগদগে হায়না মখা তাবা অমনা হংলমই। "লুচিংবা মসি করম্না খংলকপগে? মাগী মখাদা লৈবশিংবু নুংশিনা চান্না য়েংলগা নোক্লহুনা হায়রমই।"

"ঐনা ফুসঙদা লৈরিবৈদো ইমানা মসিগী অচাপোং অসি শেম্বী। ঐখোয়গী হিংনবগী লম্বীদা য়াম্না খুদোং চাদে। থুম

ফাওবা লৈত্রবদা, ইমানা ঐগী চাক পুখম অমা শেংদা য়াম্না অরাবা ওইখি। অতুম ওইনমক ইমানা শেংনীবা ইচম চম্না পোং ওইরবশু মসিগুম্বা পোংতি অতাংবনি। নহাক্কী ইমা প্রজা পুন্নেক্কী মমানি। মহাক্না মচাশিং, অঙাংশিংবু য়াম্না নুংশিজবসে অতাংবী মমানি। মহাক্না মখুৎমক্না থোং-থাক্তুনা মহি মনাই শাদুনা অরাবা কয়া খাংদুনা মপুন্সি লেনলমগদবদু কয়াগী মতিক ৱারমগবা। অরাবা ফংলমগবা। মশা মখুৎ থক থক হেক নিকপমথে ৱাখিবা।......হৌজিক ঐখোয় য়াম্না থাগা ইমাশিংগী মফমদগী খায়দোক্লরক্নে। তমথিরবা চীংজাও-সিদা ঐখোয়না ইখুৎনা কিমচি যোং থাক্লি। ললোনবা লাকপা শেঙ্গাও পায়বশিংনা ঐখোয়বু ইপা লৈবাকপু লোনশীরে অমসুং ঐখোয়বু নুংশিরবী ইমাশিংগী মনাক্তগী খায়দোক্লহনবীরে কোরিয়া মচা পুন্নমক খন্নরগা ইপা লৈবাকপু অমুক হন্না মনিং তমহনগদবনি। ঐনা হায়রি নুমিৎ অদো থুনা লাক্লগনি। খুদোংথিবা পুন্নমক লাকথুরগা য়েক্লবশিংবু নমথগদবনি চপথায়-গদবনি অমসুম্না লুচিংবশিংনা মমাগী মপান নাইদ্রবা নুংশিবদা মহাক্না নুংঙাইজখিবগী ৱারী লীদুনা তাহল্লমই।

তশেংনমক মিস্ট্রিসনা প্রজশিংবু নুংঙাইবা পুন্সি অমদা লমজিংবীখি। মাগী থাগৎনিঙাই ওইরবা পুকচেল চাওবা, মচাদা লৈবা মীনুংশিদু অঙাং পুন্নমক্তা লৈরমই। মরম অসিনা প্রজা-শিংনা খংদ্রবা চাবদি য়াবা মনা-মশিংনা শাবা চানবা চিঙ্গাক্ত পুকচেল চাওবী অসিগী মীনুংশিংদগী প্রজা পুন্নমক খংখি। মচানা

লাপ্পা লাপ্পা চাৎপগুন্না মিষ্ট্রীনগু চৎলি। মতম খর লৈরগা মশ মক লিনকিয়াংদা চৎলমই। মহাক্না হেক থুংবগা অঙাংশিংগা উনবমক্তা হংলমই, কনাগুম্বা অতোপ্পা মশক খংদবা মী য়ুমসিদা উনবরা ? নখোয় মফমসিদা লৈ হায়বসি কনা কনা খংই। য়েক্লবা ওক্লবা লানমীশিংগী—লালওংদগী অঙাংশিংবু কননবা য়ান্না চেকশিন্না য়েংবীরমই। মতৌ করন্না ঙাক শেনগদগে, করম্বা লমচৎ চৎকদগে, হায়বনচিংবা বয়া হন্না য়ান্না কুপ্পা অঙাংশিংদা তম্বীরমই। মশা মশাগী থবক অদুগা খংহৌদনা অনাবা মী য়াওরক্লবদি করন্না তৌগদগে হায়বসু তাকখি।

থৌদোক কয়াদগী মিষ্ট্রিসনা খংই চেকশিন্না য়েংবা, খিবুতনা লালহৌবশিংগী পুন্সিনি হায়বসে॥ মচাবু অরানবা, যৌশারাশা দবগী থবকশিং তৌদনবা য়াম্না কন্না য়্যারকখি অদুগা অঙাংশিংবু খুদমগা লোয়ননা চুন্না শিন্দোক শিঞ্জিন তৌবা, পুকচেল হোংদবা কয়ামরুম থবক ওইনা তখিখি। অসিগুম্বীকা হেন্না চানবী-হৈবী লৈবাক প্রজাগী অকবা নুংঙাইবতা পুন্সি কৎথোকখিবি মমাসিবু মচাশিংনা তক্লনা নিংশিজৈ॥ সোক ১৯৩৬ তা অরাং থংবা মেনচুরিয়ান লালহৌদা মায় পাক্লদুনা কোরিয়ান পিপলস রিভোলুসনারী আরমীনা ফুসঙ্গদা চৎলমই। মফমদুদা ফিজেৎ চাকচা ফংজদ্রবা লায়রবা অঙাংশিংগী লানমী থেংনরমই। মখোয় পুম্নমক মমা মপা লৈত্রবা ঙাক্তনি। কিম ইল সঙনা য়ুরান কুনখক পুথোক্লনা ফিশিং লৈরুরে অদুগা অঙাংশিংদুগী ফিজোল নিংথীনা শেম্বীরমই। য়ুরান কুমসি মমল য়াম্লবা পৈশানি। অথুবা থবক

লাকপদা শিজিন্নবা থম্বনি। মসি মাগী মমানা য়েত্নমগী থবক্তা শুত্নুনা তানবদগী নোংম-নোংমগী পৈশা অমনমদা তুংশিন্দুনা শাগৎচরকপনি। ১৯৩০ দা সঙনা জ্যাপানিজশিংগী মায়োক্তা লৈবা অরোনবা লানমী শাগৎলিংদো য়ুমদগী থাপ্লা লৈথ্রবা মচাগা দমক মমানা লাংতক্লরমই। মানা ভুংশিন্দুনা থম্বা পৈশাত্নু মচাদা পীরগা অম্নন্না হেক হেক হায় "মী অমা দরকার ওইরবা মতমদা শিজিনননবা পৈশা খরদি শোইদনা পুগদবনি।" মচানশু পৈশাশিংত্নু অরেম্বদা খরচ তৌথোক্তে। মমাগী অরাবত্নু উরগা মানা পৈশাশিংত্নু য়াল্লা চেকশিন্না শিজিন্নৈ। মত্নুনা মমা মপা লৈজদ্রবা মীওইশিং থেংনব মতমদা পীথোকই। নুংশিজরবা মচা অসিবু কৎথোকপগা লোয়ননা অরাংবা থাক্তা লৈবা লুচিংবা অমশু ওইহনবীখি। মাগী পুন্সি অপাম্বা ওইজবা পুন্নমক থাদোক্তুনা পোক্লকমগীদমক লাল হৌখি। মিষ্ট্রিস নুপীশিংগী তমজনফম খুদমগী মশক ওইরবীনি। মহাক পুকচেল লেপ্পী, অকিবা লৈতবী মরৈবাক, মজাতিগীদমক লালহৌখিবীনি। মচাবু মতিক চাবা কোরিয়াগী, লুচিংবা অমা ওইননবা হোৎনবীবতা নত্নুনা মশামক থব্বায় হকচাক কৎথোক্তুনা নুপীশিংবু মীখা থাবা কোক্লবগীদমক হোৎনখি।

মপুরোইবনা লৈখিদ্রবা মতুংদা য়োবা ঙমদ্রবা পনস্তুংগী লম্বীদা মখা তাথনবা হোৎনরমই। জাতিগী নিং-খা তম্বগীদমক মাগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংবু লালহৌবা ওইহনখি অমসুং লৈজবা লল, থুম পুন্সি পুন্নমকশু কৎথোকখি। মিষ্ট্রিস পুন্নমকী

ইমানি। মহাক্কী মপুন্সিদা রাই শংনা লৈতানা পোৎথানবা মতম ঙাইহাক্তা ফাওবা ফংজখিদ্রবীনি। মুপী ওইবগী অকে অমো-শেৎপা চাবা, মুংঙাইথোকপা পুম্নমক থাদোক্লগা তোম্ল-তারবা মীওইশিংগী, মজাতিগী অতুগা লালহৌগীদমক পূন্সি হিংখিবীনি। মিকুপ অমতশু মশা মথন্তগী মুংঙাইনবা থবক তৌথিদে। লাল-হৌবা থরনা হায় "শেৎন চানবা ইশানা শিজিন্নগদবা পোৎশিংদি ইশানা য়েংশিনগদবনি।" অতুবু মিষ্ট্রিসনা চিঞ্জাক ফি পৈশা অমসুং মাগ—মুংশিরবা মচান্নুপা ফাওবা মাংখ্রবা ইরৈবাক হনজিন্ননবা হোৎনবদা দান তৌথি। মিষ্ট্রিসনা হায়রমই মীপুম খুদিংমক মাগী পোক্লফম লমদম লৈবদগী হি়বনি। মরম অসিনা প্রজাশিংনা মাংখ্রবা ইরৈবাক হনজিন্নবগীদমক শিবা কিদনা লাল হৌগদবনি। কিম ইল সঙনা অণ্টু প্রদেশতা চৎতুনা ইনৌ নৌনা লাল্মী গ্রূপ গ্রূপ শেন্নগৎপা হৌরকপদা মমাগী মরমদা য়াম্না খোইরাংলমই অমসুং নোংম ময়ুমদা হলক্লমই। মতম অতুদা মমা হকচাং ঙমদতুনা ফমুংদা লৈরমই।

ইমুংদা থানবা শিং লৈত্রে খংলবদা মহাক্না লাকমিন্নবা ময়াম্ব-শিংগা চীংজাওদা চৎতুনা শিং লৌরারগা পৈশিল্লমই। মচানা শিং পুবকপতু উববদা মমানা হংলমই "মসি করিগীদমক্তনো……? মহাক্না নশাগী ওইবা থবক্তা শরুক য়ারে, নংগী অপান্না অনিংবা লালহৌরা ওইরবদি মতুদা কৎথোকউ নত্রগনা য়ুমগী নশাগী থবক পান্নগনা অতুম তৌরো। নহাক নশাগী য়ুমগী থবক অমা ফংলেদনা…… মমাগী রাহৈশি তারবদা মচানা হায়জরমই,

ইমা ঐহাক অচৌবা থৌদাং য়াহ্নুনা লাল্মী মপৈ মপৈ শেমগংপা চংল্লুরনি । ইমা নাবগী পাও তাহ্নুনা মফমসিদা ইমাবু অমুক্কা উজনিংহ্নুনা লাকচবনি । মচাগী থম্মোয় থোংলবা তাবদা মমাগী থম্মোয় পুবা ঙমত্রবা মচা ম্নুংশিবগী ঈচেল লাক্লবদা মিষ্ট্রীসনা থম্মোয় কন্না হায়রমই নহাক্না ঐবুতা ম্নুংশিরে। ঐথোয় পুম্নমকপু পোকপিবা ( Supreme Mother ) ইমাবুদি ম্নুংশিদ্রে ...
চংলো নহাক মফমসিদগী থুনা চংখ্রো হায়হ্নুনা ম্নুংশিরবা মচাহ্নুবু তাথিনা তৌখ্রে । মচাবু তাথিনা তৌখ্রবদি মচাগী থম্মোয়দা নিংবা কায়বা ম্নুংঙাইতবা য়াওরকপা য়াই থল্লহ্নুনা অমুক থেমজখি ।

ঐহাক্কী অনাবা ফরগনি অহ্নুনা নহাক চংলো লালহৌগী থবক্তা হোৎনরুচো। অম্নুম্না থাক রাংলবা লালহৌবসিগী মতুংদা শেংলবী মমা অমা লৈরম্মী । মতমহ্নুগী ইমুং মন্নুংগী ফিভম য়েংলুরগদি মচা ম্নুপাসিনা ইমুংগী অরাং অপা পুম্নমক মেনলগদবনি । অহ্নুগা মমা নারবনিনা য়ুমদা লৈহ্নুনা মমাগী সেবা তৌবা হায়বসে তঙাইফত্রবনি। অহ্নুবু মজাতি অমম্নুং লালহৌবু চেৎনা কোল্লহ্নুনা য়ুম অমম্নুং মশামক্তগী পোক্নফম লমদম্না হেল্লি থন্দুনা মবুক্লিংগী ম্নুংশিরবা মচাবু লালহৌবা লোয়ত্রিকাওবা য়ুমদা হল্লক্তনবা চৈথি । জ্যাপানিজশিংগী মায়োক্তা নিংথিজনা ভাব তাহল্লবা মপাঙ্গল কল্লবা লাল্মী কয়া চহি ১৫ চুপ্পা শেমগৎ-শাগৎহ্নুনা হোৎনরমই । মচানা লুচিংহ্নুনা শোক্নরকপা অসিনা অরোইবদা অরংবা মঙানগা লোয়ননা মায় পাকখি ।

মিষ্ট্রিসনা কৎথোকপা মপুকচেল চাওবসি মপান নাইদে ।

মচান্নুপা অহন অসিতা নত্তনা মনাওন্নুপা। কিম হ্যোং খোনগু থাজিনখি। কিম হ্যোং খোন্ কিম ঈল সঙ্না চহি ৬/৭ লোম হল্লি। লৈখিদ্রবা মপুরোইবনা মপা শক্লা নহা ওইরিবা মনাওসিবু নাওকোনবীরকই। মপুরোইবনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মনাওসিবু লালহৌবগী থবক্তা থৌনা হাপকংপিখি। ময়াম্বা অহন্না লোয়শিনবা ঙমদ্রবা, লাল হৌহ্নুনা ইজাতিগী প্রজাশিংবু মনিং মথা তমহনবতনা হুংঙাইবা অমসুং চাওখৎপা পুরকপা ঙমগনি হায়বগী থম্মোয়দা মমি তাহনবা মখৈ মনাও হুপাসিবু তম্বিখি মরমসিনা কিম হ্যোং খোনবু শোক ১৯২৯—৩০ দা খা থংবা হোমগ্যোং প্রোভিন্সতা মশক নাইরবা কোরীয়াগী অয়োৎপা লাল্মী ওহুনা থাখি। মমৈথংদা কিম হ্যোং খোন জ্যাপানিজশিংনা ফাখি অমসুং শোক ১৯৩৫ দা শিয়োল জেলদা শিখি।

কিম ঈল সঙ্গী মনাওশিং চোল জু অমসুং য়োংঙ তমজনিংঙাই ওহবী অফবী মমাশিনা লাইরিক তম্থ রকই। মিষ্ট্রীসকী ইমুং মন্নুং পুন্নমক লালহৌগী থবক্তা থাগৎনিংঙাই ওইনা মথরাই য়াওখি লোয়নমক লালহৌদা কংথোকখি। লালহৌগী থবক্তা নৌরিঙৈদা কিম ঈল সঙ্ চৌলিন্গী নোংপোক থংবা দিষ্ট্রিকতা মরু ওইবা সেক্রেটরী ওইরমই। মতমচুদা য়েক্রবশিংনা য়াম্না চেকশিন্না য়েংলমই অতুনা য়াম্না খুদোং চারমদে। অসিগুম্বা য়াম্না শাথিবা অরুবা কয়াসে মমানা থৌনা ফনা মতেঙ্ পীখি অমসুং তুংদা লাকদবা থৌদাং কয়াগীদমক্তসু লম্বী পোরম

য়াৎতুনা থন্নীখি। মহাক্না খুন অমদগী অতোপ্পা খুঙ্গং অমদা চংত্নুনা লালগী ঈহৌ পীখি। পুন্নমকসি 'মচাগী লালহৌগী-দমকতনি। কিম ঈল সঙ্না খুৎলাই পাইবা লাল্মীশিং পুনশিনবা ভাব তাহনবা লোইরগা সিংলুসন্ থাদোক্লমই। মমাগু মচা অনিগা লোয়ননা তৌ, নাপী শিংনাঙ মরক্তা ক্বাওত্নুনা তোগী-জোমগোন তান্না চংখিরমই। মচা অনিবু চীংদা থমত্নুনা ময়াম্বদগী ই পাও লৌহল্লমই।

অতোপ্পা মফমশিংদস্তু পাও লৌনবা চৎলমই। মপুরোইবগী হিরম থৌদা কয়াদা মতেঙ্ পাংখিবগুম্ মচাশিংদস্তু মতেঙ্ চাওনা পাংখি। ফুসুঙ্দা লৈরিবৈদা কিম ঈল নঙ্ অমস্তুং লাল্মী পুন্নমকপু চিংনবা মিৎয়েংগী মখাদা লৈরমই। মখোয় খুদোং থিবা থোকপা য়াবগী ফিভমদা লৈখি। খুৎ থোক-নরবদি মখোয়গী ব্রানলিহোগী মরুপশিংদগী খুৎলায়শিংত্নু দরকার ওইরমই। অদুবু মখোয়দি কনামত্তা চৎথোক চৎশিন তৌবা য়ারমদে। মচানা য়াম্না থল্লবা মতুঙদা খুদোংথিরবা থবকতু পাংথোকপীবা ঙমগদ্রা হায়না মমাদা হংজখি। মমানগু য়াম্না লুবা খুদোংথিবা খোংচৎনি হায়বা থংই। অদুবু মহাক্কী পাওখুমদি ফরে ঐনা শোইদনা চৎকনি খুৎলাই পুরক্কনি অসিনি। মতৌ অস্তুম্না মিষ্ট্রীসনা তুমিল্লা ঈংল্ল মফমদু থাদোকখি চেকশিন্না য়ে ি বা লাল্মী মপৈ মপৈ মরক্তা লোন্না লাম্থোক্লনা মান থুংনিংলিবা মফমদু য়ৌখি। ব্রানলিহোদা লৈরিবা মচাগী মরুপশিংদগী নোংমৈশিং ফংলবদা মিষ্ট্রীসনা হায়রমই; নোংমৈ

পুন্নমক চা-বীহুনা মরু হানজিন্নদুনা, হোৱ্রেন ঐনা কাপকম্লদা নম্বদা মিকুপ ১গী মস্তংদা চংখিবা ওমহনগদবনি। শিন্নবা য়াবা ৱারম্-শিং তাথোক তাশিন্নরম্লগা, মরু থন্না থম্না হান্নবা নোংমৈশিংহু পুন্থুনা মচাগী মনাক্তা হন্নরমই। মচানা নোংমৈশিংহু লৌরমই অহুগা য়েংলহুনা মম্নাদা হংলমই। খুদোং থিবস্থু থোক্তনা করিগী-দমক মরু হান্দ্রিবনো? ময়ানা খুন্নকই, করম্না ঐনা মীপা থ্যাগনি। মথোয়না হায়বা ইমানা ইনবা ওমলোই। ঐনা থল্লি ইশাদগী ঈ তাহল্লবদি ঐনশু ঈনা লমন খুমগনি মহুগীদমক্তনি। মথোয় অনি অহুম্না খংহৌদনা ঐডোন্দা লান্দারকপা য়াই অন্নুম্না মথোয়না লম্বীদা ইজং মাংহনবহু ইমা ওমলোই। অহুনা উশিং-ত্রিবা, মীবু মী ওইনা খন্দবা অহুগী মথবাক্তা পেন্না কাপ্নুনা মথল্লাই লোইশিনগে খনবননি!

মসিগী চন্নবা থাম্নী মতেঙ অসিনা থাকী পুকচেল চাথবা, থোনা, কংথোকপ পুন্নমক কৈরা য়াম্না থাক থাংলবনো হান্নকসি ঐখে যন খংবা ওমই। মপুরোইবগী খতৈদা তৌখিবগুম্না মচাগী মমান্নবা মযাম্না লাক্তুনা মথোয়গী খুমদা লৈরম্নবশু থাল্লি ফজবা মগুন্দা সেবা তৌবি। অংঙাং ওইর্লিবা মচা হুপা অনিম্না ময়াম্বগী মতুং ইন্দুনা থৈক্লবগী থায়োক্তা লৈম্না ওর্নানাইজেসন অঙাংশিংগী লানমী থম্বার য়াওনা শেম্বংলমই। মচা পুন্নমক কম্না লালহৌগী শেমগং লাগাৎলকপহন্দা মিষ্ট্রিস অরাবা অম্না ওইরে। অরাবা মীয়ামসিবু খরা মৈথবননবা থুদং অম্নদা চন্নুনা

লোয়াম চাবা অমদগী যন, পৈশাগী মতেঙ লৌরগা হোংনগে খন খ। মচাগী মমাঙবশিং মুংত্তিগী লাকপা তোক্লমদে। মখোয়বু পিঙ-পিথক তৌনবা কোং কোং শাবা চাক শেম শাই পীজে অহৃগা মানা লাম্না লাম্না লৈ। অঙ্গুম্না শাংলবা মতম কযা খোংনরকপসিনা মিস্ত্রিসকী ইমুং মনুং হিংনবগী পুসিদা খরা কংলমদবদগী থাইদগী হেন্না যারবা লাইববা ইমুং অমা ওইখি। মিস্ত্রিসনা মতেঙ লৌরম্বা লোয়াম চাবা খরগী মাগী মাযোক্তা যেংশিনুবা নত্তনা পুন্নমক খিংল্লে। রিভোলুসন্না মায পাক্লবগী আশাগী অরেম্বা ওইরক্লে। মাগী মমনদা লৈরিবা উপু, কাংথোন কোন লিক, পুন্নমক পুরুবা শেনগী মহুং ওইনা মংপা হোরক্লে। হৌজিক মিস্ত্রিসকী ইমুং হিংবগী পুন্সি মগুং শুগায়না ইবগী রাংমদা লৈত্রে। অহু কাওবদা মহাক্না পুকচেল শেংনা লালহৌগী থবক্তদি মতেঙ পীখি। মখোয়না অহিংদা লাক্লবসু চাক থোংহুনা পীজে অমসু চোংলবা খোঙপ, মোজা শুদোকই অহিংহুদা কংহল্লী। মখোয়না চংলমদাইদা চাক চয়োম লল্লীদা চানবা পীখি। মহুমক্লা মমম হাপ্তনা শেম্নবা অহাওবা চাক্তি ওইরে।

মিস্ত্রিসকী ইমুং চাবা কংগ্রে। হিংনবগী দমক্তা, মপি তরুং তরুং শিম্পনা হায়, চগেমগী তল হৌখি। মতাং অসি য়োক্লকাওবক্লা লালহৌবশিংনা কৌখা হায়রক্লবদি পুকচেল শেংনা মখোয়গী "থরচ পী অহ্গা অঙ্গুম্না হায় মী অমমা শিন্নবদি মহু মাগী পেশা লৈতবনা নক্তে শেনগীদমক শান্দোকপা মাগী অয়োন্‌বা পুশিন্নু জেবনুনি।" পৈশানা পুন্সিবু হোৎচনগদি খুনুম চমখিনি

মিষ্ট্রিসকী অবাবা কয়া খাংবা, চাদ থক্তবা, হুপী অমা ওইনা অচুম্বা লমচৎ, ধর্ম, হৈশিংবা কয়াবু মতৌ তম্মনবা হোংনবদা ওন্নখিদে। মরম্ম অসিনা মিষ্ট্রিসপু পুন্নমক্না ওমথে লৈতনা ইকায় থুন্নখি অমসুং হুংশিখি। সোঙজুগী মমাগী মহুত্তা ঐখোয়গী ইমা হায়না প্রজাশিংনা কৌহ্নুনা হেন্না পাক চাওবা অর্থ ফোংদোকই। কোরীয়ানশিংগী ইমা অসুম্না কৌহ্নুনা ওসি কাওবা মিকুপ অমত্তা কাওদনা লোন্নরি। মিষ্ট্রিসন মচাগী মতেঙ, পাংনবা মচি মচি খুদিংদা চংশদা প্রজাশিংনা মতেঙ পীখি। মহাক্না নারবস্থ মচাগী মরুপশিংনা অকবা হিদাকশিং মাগীমক পুরকই। মাগী হুনবা লৈতবা মজাত্তিবু হুংশিবা খোনানা জাত্তিবু হুংশিবা মীরোন অমা কোরীয়াদা হৌগৎলম্মই। মরামশিংগী মরক্তা লৈহ্নুনা চঙখিবা মতমগী মমল হনজিন্নবা য়াম্না থাজবগা লোয়ননা লাল লোক্লম্মই।

**মিষ্ট্রিসমা মাগী ইবুং মক্লুংবু নোংমা অমুক শেমগৎশাগৎলমই ইবুংগী মীওইশিংবু নিংতম লালহৌগী য়াথন্দা তাওহল্লমই অমসুং মহাক মশামক শরুক য়াহ্নুনা মপুংফা কংথোকখি।**

মিষ্টিসনা লালহৌগী ওগনাইজেসন (সংস্থান) শিংদা য়াওরমই ১সুং হুপী শংবু মীখা থাবা কোক্লনবা জাতিগী নিংথা তম্বা পুরক্লবা হৌংনবদা মথৱাই কংথোকখি। মপুরোইবনা লৈম্লিত্রবা মতুংদা হুরুঙ থুঙ্গংদা লৈবা হুপীশিংগী এসোসিয়েসন মরুপ অমদা য়াওহ্নুনা য়াম্না কন্না থবক তৌরমই। লোক ১৯২৮ দা

মানা লুচিঙবী ওইখি অমম্ং মুপীশিংবু ভাব তাহন্দুনা লালহৌগী আন্দোলোন্দা পুশিল্লক্লবগীদমক চোকথবা লৈতনা হোংনখি। মুপীশিংবু লৈবাক্কী থোদোক্কী মরমদা ভাব তাননবা লাইরিক তরাখি। পাক্তরবা ভাব তাদ্রবা মুপী কয়াবু নোনা রাখল, থোনা, মঙান পীত্নুনা অচুম্বা লম্বীদা চংননবা হোংনবদা মাগী লৈজবা শক্তি পুম্নমক শিজিন্নখি। কুমুঙ, চেন থুক্ষংদা মুমিদাং রাইরমগী লাইরিক তবা, ক্লাস অমা হাংদোক্লমই। মতুদা মুপী মরামা তম্মবগীদমক চাং নাইনা পুন্নমই। মহাক্না কোরীয়ান মরেক্ষশিংবা তরী অমসুং অরাইবা মঙল্লা মখোয়দা হায়রমই কন্নিগীদমক কোরীয়া প্রজাশিংনা ঐখোয়গী লৈবাকপু মাংননবা হোংনখদোব্রিবনো? ঐখোয় নিংতম্মা লৈজরম্বা জাতিন লম্নোনবশিংনা মাংহনখিবনি। অহুনা মখোয়না শাবা অরং অরাক মিং থক্কহনবা লৈতেং পুন্নমক ঐখোয়গী মাংনবগী মশক্নি। অমুক্না মখোয়বু আন তাহন্দুনা লালহোৎবগী ইনোং হাপ্লীখি। অসিগুম্বা থবকুসি মচি মচি কাচিন কোয়া থুদিংদা লুচিংহনা চংখ। জাপানিজশিংগী মায়োক্তা হৌরিবা অরোনুবা লালহনা মুপীশিংবু মপুং ফানা থোগৎপীহনা শরুক য়াহনখি মিত্রিসনা মচামুপাদগী থবক তৌবগী মওং লানঙং পুন্নমক তমখি। মপু-রোইবনা নিংলম্বা মচাশিংবু মতিক চ.বা লালহৌবা অমা ওইহল্লু হায়রম্বা অহুদগী হেন্না থাক রাংনা শেম্বীখি। মচা অসিগু মতিক চাবা মী অমা ওইরবদা মপুকচেল চাওনা, থোনা কনা চাং লেম্না লাল শোক্লখি।

কোরীয়াগী লালহৌ অসিগী থোদাং কিম সঙনা পুরে। চহি ১৫ চুপ্পা জ্যাপ'নিজশিংগী মায়োঙ্গা অকনবা লাল থেংনাখিবা খুদিংদা লুচিংখি অমসুং প্রজাশিংবু অমত্তা ওইনা পুনশিনহনখি। মচাগী চাওরবা থোদাংসিবু মতেঙ, পাংনবগীদমক মমানগু মচি ময়াদা চায়থোক্তনা লৈথ্রবা প্রজা কয়াবু মিকপ থোকহন্নবা হোৎনৈ। নুপীশিংবু মাগী মাগী থবক (Division of labours) শিন্দাকই অমসুং মথোয়গী লাংতক্নরবা অরাবশিং চোকথরবা কযাবু কোকহন্দনা হেক য়াবা মথৈ থোগৎপিখি। লাম্হোকপা ওমগনি নিংত্রবা পঞ্জাও, ঈপাক কয়'বু হেক হেক লাম্হোক্তনা মিস্ট্রিসনা পম্বং য়োননবা হোৎনৈ। মসিদগী য়াম্না থাক বাংবা ইকায় খুম্নবা অমসুং নু'শিন্নবী ইমা হায়বা মিংথোন প্রজাশিংগী মক্তমদগী ফংবা ওমখি। মরু ওইবা নুপীশিংদগী মশিং লাকওমত্রবা নুপী কয়াবু মাগী লুচিঙ, মথাদা পুন্নকখি। মপূক-চেল চাওরবা চাওরবী মমা মচা অনিসে নাপীগী মপাল কৈনা তাঙ, কৈগী মপাল নাপীনা তাঙবগুম্না অমনা অমগী মতেঙ, মপুং ফানা পীনখি। লালহৌগী থবক্তা মচানা মমাদগী চাওরবা অকিবা ফংলবা মতেঙ, য়াম্না ফংখি। অতুগা মমানসু মচাগী মক্তমদগী রিভোল্যুসনগী Guerrilla লালওং Politics নচিংবা মরুওইবা কয়া মতেঙ ফংখি। মচানা মমাসিবু অরোনবা থবক তৌবা মীশক অমা ওইহনখি। পৃথিবীগী হোংলকলিবা মওং কয়া পাক্লা চাওনা য়েংবা মিৎয়েংদা মপুং ফাহন্নবা মমাবু তঙ্গাখি অমদি মতৌ করম্না মীতিন, ( মীতিং ) অমা পাংথোক্কদগে, অকুপ্পা

ময়োন কয়ম্না থমগদগে হায়বগু থুদমগা লোয়ননা উংলীখি। মাগী মমানা নুপী মরুপকী লুচিংবী ওইরবদা ঈ পাও শন্দোকপা মরুপ শেমগৎ শাগৎপদা শরুক য়াগে হায়দুনা নুপী অনি চোংথোক-য়রমই। অহল ওইরবী মবেনপোক চা জু সন না সোঙ্কী লুচিঙ খাদা পাও শন্দোকপগী থবক্তা য়াম্না কম্না শরুক য়াখি। নাকল অমরে মদনা মচা নুপানা অয়োনবা লালহৌ কম্না তৌশিল্লমই। লৌমী শিনমীশিংবু ভাব তানবা য় ম্না হৈ-শিংনা হোৎনরমই অমসুং বা কয়া ভাংদুনা প্রজাশিংদা তাহনখি। মচানা চৎপা মফমদা ইম্নদুনা হৈ-শিংবা থৌওং কয়া তমলমই অমসুং অমগা অমগা শক খংনহনবদা অশেংবা থবক ওইনা চৎথবদা মচানা তৌরিবা মওং পুম্নমক তপ্না তপ্না খংম্নবা হোৎনখি।

মিস্ত্রিস ময়াম্না মশক খংনম্নবী সমাজগী থবক তৌবদা মাং জিন থাখবী নুপীনি। নুপীশিংবু মাথা থাবা কোকন-নবগীদমক মহাক্না লাল হৌখি অমসুং সমাজগী থোরম থৌদাং কয়াদা নুপী কাংলুপশিংবু ভাব তাহনখি। নুপী-শিংবু সমাজদা হম্বনা তোম্বনা থম্বা য়ারোই হায়দুনা অচৌবা ঈহৌ অমা পিখি।

মিস্ত্রীসকী হোৎনমম্না খুঙ্গং কয়ামুক্তা লৈবা নুপীশিংনা জ্ঞান তাবতা নত্তনা মৈগুম্না শারবা পুকচেন মাম্নবগী খোল্লাও মজাতিবু মুংশিবগী ইহৌ হৌরক্লমই অমসুং জ্যাপানিজশিংবু তুক্কচরমই। মতৌ অম্নম্না জাতিবু মুংশিবা মী মশিং নোংম নোংমগী পাক্না চাওনা হেনগৎলক্লমই। পাক্না চাওনা লাল হৌরক্লবদা কিম

ঈল সঙবু অমুক হয়া যেক্নবশিংনা অন্তু পুলিসকী জেলদা কাহ্নুনা থমখি। চৌলিন জেলদগী থাদোক্লবা মতুংদগ্ন মাগী অরোনবা লালহৌগীদমক অনিরক কাহ্নুনা থমখি। মচাবু থাদোক্লনবগীদমক মিষ্ট্রিসনা খুৎলাই পায়বা লানমী কয়ামক্লম ঈরাং হৌননবা থৌরাং তৌখি। মহাক্কী আন্দোলনসি ইচম চম্বা মচাবু কননবা নত্তে। মবাইবক থিরবা প্রজাশিং ১ম্নং মরৈবাক্কীদমক্তনি। মহাক্না শান্দোক্লা হায়রমই, পুলিসনা কিম ইল সঙবু মরম চাদনা ফারে। আইন কাযবা মীনি হায়দুনা দণ্ডি পীরে। মহাকপু থাদোক্লবগী-দমক প্রজা ময়াম্নু কৌথোক্লহুনা পাক্লা চাওনা ইরাং হৌহনখি। কিম ইল সঙগী লমচৎ ধর্মাবু মুম্না। থংবা প্রজাশিংনা য়াম্না রাংনা ইকায় খুম্নৈ অমম্নং ক খিবগী পাও তাবদা য়াম্না য়েংখিনা শাও-রমই। মরূসিনা অকনবা লাল হৌরকখি। প্রজা পুম্নমক অমতা ওইনা পুনশিল্লমই অদুগা পুলিস ষ্টেসনদা আন্দোলোন তৌবমই। মখোয়না লাউরমই, নহা ওইরিবা কিম সোঙ জু মরাল লৈতে। মাবু অচুম্বা লম্বীদা থাদোকউ। ময়ামগী হননা নাইডনা থোম্লাও অদুদা কিম ইল সঙনা নি হননদনা লৈরবদা পুলিসশিং উপায় লৈরমদে। অদুনা মাবু মুমিং থরনি লৈরগা থাদোক্লমই। লালহৌগী থবক্লা নোংম নোংমগী কন-শিল্লক্লবদা মিস্ট্রিসনা ঈ পাওচে (Saenal) New day ১ম্নং অতোপ্পা ওর্গনাইজেসনগী চে-চাং পুম্নমক পুবগী থবক তৌখি। ওর্গনাইজেসন্না শিন্নথোকপা লুরবা থবকশিংবু পাংথোকপদা করিমতা বাখিদে। শোক ১৯৩২ দা থা থংবা মেনচুরীয়াদা

ল্যানগী গ্রুপ মচা শেমগৎপগী থবক তৌখি। মতমসিদা কিম ইল সঙ্গী মমা য়াম্না কম্না নাহুনা য়ুমদা লৈরে হায়বা পাও তাখমই। মমাগী অনাবা য়াম্না মওং চাদ্রে, ইমুংগী চান-থক্লবা করিমতা লৈত্তনা লৈহৌই হায়না পাও তারমই। কিম ঈল সওনা পোৎ-চৈ খাউ অমা লৈরগা ময়ুমদা পুরক্লমই। মচা মুপানা তৌরিবা মওংহ মমান্না য়াম্না চেকশিন্না কুপ্না, য়েংশিনলমই অতুগা হায়রমই, 'নংনা অমুম তৌহুনা য়ুমগী অরা-মুংঙাইদা শরুক য়াহুনা লৈরবদি, বাবীরবদি, নহাক্না লালহৌগী থবক্তা করিমতা ঙম্মরোই। অমুক কুইরবসি ঐহাক হিংহুনা লাক্লি, চয়াহেন্দে। কনাগুম্না মুপা অমনা মরৈবাক মজাত্রিবু মনিং মথা কুম্না হনজিনম্নবগীদমক থবক ওইনা পাংথোক্লবা হোৎনবদা য়ুমগী অরা অনা থল্লবদি মতৌ করম্না অমুক চাওবা, মমল য়াম্নবা পোৎসে কংগদৌরিবনো ?
…… ……নহাক্কী মনা মশিং অসিগীবুদি থাগৎলি। অতুবু নংনা তৌকম থোকপা তৌদবা য়াদবা অচৌবা থবক্তু তৌ……নহাক্না শোয়দনা ইজাতিবু মনিং মথা তমহনগদবনি। নহাক্না তৌরিবা থবকসে ঐনা লাল্লে হায়না থক্লি।"

মিষ্ট্রিসকী পুন্সি অসি লওলা অমত্তুনা য়ান্দুনা লৈরবা কাওবদা মানা মচা মুংশিবগী বাথন অতুগা মশামকপু কাওথোকপা ঙমই। লালহৌগী লন্থোদা য়াম্না শাংনা থোং শাপ্পোকপ্রবা মতম কুইনা অন্নাবা থাংলবা মথোয়গী পুক্নিগী খুদোং থিবা ময়াম অতুনা ঙেম্না থনবী। মরম অতুনা মচা ওইবনা তৌকম থোকপা ধর্ম্ম ময়ুমদা লাকপদা প্রজাশিংগী মনিং মথা তম্না মুংঙাই য়াইফবগী

থবক থুদোক্লুনা লাকই হায়যুতুনা মম্যানা মচাবু রাবক রাতেমতুনা চৈথিনা অন্নবা মচা অংগদবা মমা পৃথিবীদা লৈবা হৌনদে। মচাবু উবনদি তশেংনা মপুক্লিংদা হবাওজরিবনি। মিষ্ট্রীসতা থাযদগী হেন্না মমল যাম্বা পোৎতি নিংথৌ তম্বনি ( Nothing is more precious than independence and freedom) মহাক্কী রাখল, পুকচেল থৌনা মজাতিবু লুংশিজবা পুন্নমক যান্না কা হেন্না থাক রাংথিবী অতাংবী লুপীনি। মহাক্কী তপ্পা হৈংবা, ফজবা মরমচিং কয়া উবদা মপুকচেল কল্লবা, মীলুংশি খঙ্দ্রবা সিফাই কযা মঙোন্দা মকোক নোনখি। অসিগুম্বা অতাংবী মমা অসিগী অহুগা লৈথিদ্রবা মপাবুংগী অনিংবশিংবু পাংথোক্লবগীদমক মচানস্থ পোৎথাবা লৈতনা হোৎনখি। মম্যানা নাওকোঙ্গবা ফংজদ্রবা মচাশিনা যুমদগী চৎথোক্লমদাইদা মশা ফৎত্রবী, নাববী মমাবু রেংশিনবীনবা যুমথীনবশিংদা হায়জরমই। কিম ঈল সঙনা থুংলাই পায়বা লাল্মী ময়াম্বা লৈযননা লম্বী কক্লুনা মথং মথং চংশিল্লমই। অমদি শুক্লবা উমঙ ফম্বাংগুন্না ঙম্লবা চগ্রক চগ্রক্লবা চীং কয়া লাল্লমক্কি। অঙৈং অশা কযা থাংই। চাদ-থক্তুনা। স্থুনিং কয়াম্বি অরাবা নঙ্ক্কি। অসুন্না চংলা যাবা মখৈ চংলবা মক্তুদা পোৎথাবা য়াবা মফমদা পোৎথাই। থোংউপ লৌথোকস্লুবদা খুনিং মপাদা শুম মপুন্ মচা নৌবম্বা থেংনবমই। "লম মলুপু মচানী য়াম্বা শাংনা অহুগা ঈলবা মরক্তা লেপ্তুনী চংলকপদা থুনিং মাদনবা অমদি ঈংবা ফাওদনবা মমানা হাম্পীবিকপনি। মমাগী উঙ্গংথে

লৈতনা মুংশিবহ্ মসিনা ওইরমই। মচাগী মফমদা থম্মোয় কনবী, মচা মুংশিদবা শারিবী মুপীসে মানা মচাব্ মুংশিবদি অচৌবা চীংজাও অমমুং-অরুবা সমুদ্র অমদগীমু হেল্লিবনি।

মীওইবনা অন্নাবা য়াখলগী লাংদা, থৃত্না মতম কুইনা চিংবা ওইথোক্কে। মপরোইবনা মতম শাংনা পুখৎচরম্বা লম্বী নিংথা চম্বা অমুক্কুং ফংলবদিকো হায়বত্ণী চপ চাবা রাগল্লা মিষ্টীসকী মশাদা চপশিন্নুনা লৈগৌবনা খাংবা ভমদবা অমা ওইবক্কে। মপাবুং, মবুং, মপুরোইবা, মচানুপা, লৈজবা লল-থুম পুন্সি পুম্নমক লালহৌবগীদমক কংথোক্লম্লে। মহাক মশামকম্ম পুন্সিগী শবোইনা কাওবা লালহৌগী থবক শুরি থল্লি। নিং-তম্বা ফংব্রবদি হিংবগী অর্থ থোক্কে, পুন্সিগী য়মল লৈতে হায়না প্রজাশিংদা কন্না তকশিন্নমই। মহাক্কী হোৎনজমল্লা নিং-তম লাল্মী পুন্নমক "কোরীয়ান পিপলস রিভোলসন্নরী আর্মী হায়বা কিম ঈল সঙনা লচিংলক্তুদা পুন্নপ পুনশিনথি। মচাগী লালহৌনা মান্ন পাকপনি হায়রবদি য়াম্না কন্না থাজনবে। অত্তুব্ নহা ওইনা চাদথক্রুবা, অরাবা পঙাও কয়া থেংনরকপগী ফলনা মিষ্টীস শুসি লৌনা পল্লিনী অয়োইবা স্বর হোননা কৌরক্লে। চিরবা মতম-সিদা য়ুমথংনবী মুপী অমদা অস্ন্না হায়রমই:— "ঐনা শিগ্রবা মতংদা ইচানুপা সোঙ জুনা য়মদা হল্লক্রুবদি ঐনা মুংশিজবা, তৌবিখিবা লেবা অতুগুম্না চানবীত্নুনা তৌবীয়কো। জাপানিজ ললোনবশিংনা কোরীয়াগী লমদা হেক লৈরিমখৈ কোরীয়া মনিং তমগ্রিথনিক্কো ঐনা শিগ্রিঙৈগী মমাংদা ইচাহ্ অমুক্কুং চেৎনা

চান্না নাওকোনজবা পাম্বনি। মহাকপু য়ুমদা হল্লকনু হায়ডুনা ইচাবু থিনা চৈথিবতু চৌজিক্তি নিংঙমলকত্রে। ঐগী অশিবা হুকচাংসে অতোপ্পা মফমগীদমক অমুক লৌথোক্লগনু।......ঐনা শোযদনা হায়গনি... অডুবু মহাক হল্লকখিরোই। লালহৌসি তঙ্খায চনশিল্লক্লে... ।। ইচে, নহাক কোরীয়ানা মনিং মখা তম্পা ফংলবা মতুংদা চানবীডুনা প্যোংয়াঙ মনাক্তা লৈবা মেঙ-য়োংদাংদা চৎলগা মফমডু য়েংউকো। য়াম্না নুংশিরবা তশেংনা ফজববা মফমনিকো......। মচান্নুপাবু কোরিয়াগী মশক থোকপা লূচিংবা অম' ওইহনবীডুনা লালহৌগী লম্বীদা থাজিল্লমলগা শোক ১৯৩২ গী জুলাই তাং ৩১, মশাগী চহি ৪১ শুবদা মহাক্না থরাম্ন তানা, মতম কুইনা পুথৎচরম্নবা নিংথা তম্বগী লংলবা, নুংঙাইরবা ঙমিৎতু উবা ফংথিদনা অরোইবা ওইনা সংসারদগী বীদাম্ন লৌথ্রে। নৌনা পোমজরক্লিবা লৈরাংদা তিন্না চিকপা, পিক্লিরা করিম্নু থঙজত্রবা অঙাংদা লাইরবগী চৈনা পীবা। মীশিং য়ামু-জদবা জাতিবু অয়াম্বা কাংবুনা য়োৎশিনগে থৌরাংবা অকিবগী মশকনিকো ঙাইহাক হিংবা পুন্সিদা।

মিষ্ট্রীস মরৈবাক মজাতিগীদমক নৌনা পুন্সি লোমখ্রে। অডুবু মহাক্কী থাক হাংলবা লালহৌগী রাথল্ হুপী অমা ওইক্লা চেনগদবা শুণ, মরমচৎ থৌনা কয়াদি শিবা নাইরয়োইদবনি। জাতিগী লালহৌবু পুথৎপীরমই, ইমুং মনুংগী মীওই কয়াগী পুন্সিবু দান তৌথিবী, লুচিঙবী অসি মরৈবাক মজাতিনা হিংলি-মখৈ জাতিগী ইতিহাসতা সনা মচুনা ইডুনা ঙসি ফাওবদা

পোৎথাফম, নিংখা তৌনা হাইনা হুম্না পানজবা Freedom Happiness, Equality অমস্রুং Fraternity গী য়ুম্ফম চাওনা থোনবীরমহুনা ওসি লমশাং চৎপগী রাজরক্লবা প্রজা পুন্নমক অহাওবা মতোং চাহুনা স্নুংঙাইনা পোৎথাজবা ফংজহৌরে। "অসিগুম্বা স্নুংঙাইরবা মুমিৎ অসিবু উজখিদ্রবী, অৱাবতনা পুন্সি থৌদাং ওইথ্রবী ইমা অসি থৱানমিচাক্লা ঙানবগুম প্রজাশিংগী থম্মোয়দা লেঙদনা ঙালহৌরগনি।

ঐখোয় প্রজাশিংনা পেল্লে। মুংঙাইবগী ওমথ লৈত্রে। প্রজাশিংনা য়াম্না ভক্তি লৈনা ইমাগী পুন্সিবু নিংশিংগনি। ইমাগী মফমদা ঐখোয় পুন্নমক কোক নোঙ্গবি। অৱাবা থৌদাং কযাদ স্নুংঙাইবগুম নোক্লা মায়োক্নখিবী ইমাগী থুহুং ইন্দুনা পৃথিবীগী স্নুপাশিং মীথা থাবা কোক্লসন্নু, নমথীরবা অপিকপা জাতিশিং মনিং মথা তম্বা ফংলসন্নু।

অৱাবা লম্বী লান্থোক্লুনা স্নুংঙাইবা তম্পাক্লা হৱাও তয়াম্না নিংতম ফিৱাল খুত্তা পায়হুনা ওসি প্রজাশিংনা মোমোন নোক-লিবসে লৈচিন গোমাই হাংহুনা অমুক্কুদি য়েংবিবকউকো ইমা। পুন্নমক ইমানা ওইইনবীরম্বনি। ইমানা লমজিংবীয়ুকো তোল্ল-তারবা মীওইবশিংবু। ঙাল্লোকো ইমা শক্তিক থাবাগুম।

---

# নৈনজবা খন্নদং

তুবেক্লগী কল্লবা ঈচেন্না কাওশিং, রাকযে চেন্থবগুম মীশিং য়াম্বা শক্তি লৈবা কাণ্ডবুনা অপিকপা মীশিং য়ামজদবা জাতিশিংবু চেন্থবীদুনা ইয়ায়দা ইরাক্লহল্লি। মতৌ অস্তুন্না কোরীয়াস্থ মতম কুইনা নৈহংপিদুনা, শুদংত্নুনা থম্বীবমই। শরু শয়াং মথৈনা কোরীয়ানশিংদা পীজবা অত্থগা অহাওবা মতোং মথৈনা মীয়ান মচা ললোনবা কাণ্ডবুনা নোক খেত্নুনা চাবগী নিয়ম চংনবীনা নক্সাংত্নুনা লৈরমই। য়েলহৌংেদগী হৌনা মনিং তম্বা, মপা মপুগী ইতিহাস, শাগোন্নরক্লবা হৌন লমচং (Culture) ময়েক, লোন, লৈপাক অমা ওইনা মনিং মখা তম্বদা চংবা মচাক পুন্নমক লৈনা হিংজরকপা কোরীয়াগী প্রজাশিংনি অত্থবু মীয়ান মচাশিংনা ললোনবগী নামাদা লাল হোত্থনা, মচিন মনাও শাজিন্নত্থনা অরেপ্পা লৈত্তনা চংশিনখি। অরোইবদা কোরীয়ানশিং মীতোপশিংগী মখাদা মীনাই ওইত্থনা মতম কুইনা থাংখি। মীশিং য়াম্বা কাণ্ডবুনা জাতি মচা মচাশিংবু শোইচনশিন্দূনা মাংহনবদি য়াম্না লাইনা থোকই। মথোয়না অহানবদা ললোলগনি। মকমত্থগী শেল থুমগী ফিভম শক্তি পুল্লপ মথোয়গী মথুক্তা লৈহনগনি। লম অমগী শেলগী চুপলি ললোনবা

খুজোক অমগী মখুত্তা লৈরবনিনা মখোয়না ওইহন্নিংবা মওংদা ওইহনবা ঙমই। শেল থুম পায়শিনবা হায়বদি থৌগী চরম মেংপনি। ললোনবা মচিন মনাও শাবা কাংবুগী মখুত্তা শেল লৈহনখ্রবনিনা কোরীয়া প্রজাশিং নোংম নোংমগী শুর শুরগা লাইর তানবা হায়বতু ওইরকখি। মীওইবনা শুর শুরগা অম্লম চাবা, শেংপা ফংলক্রবদি কয়া কুইনা হিংতুনা লৈবা ঙমগনি। শেনজাও পায়বা, লৌয়াম চাবা কাঙবুশিংনা কোরীয়া প্রজাশিংব ফদি মচেংনা শাবা লাইফদিবীগুম, লৈপাক্লা শাবা মুর্ত্তিগুম ওইহনখিবদি অহানবদা শেল থুমগী মফম পায়শিনখিবনি। কোরীয়া প্রজা পুম্নমক মতম খরদংগী মনুংদা ক্রক লাকশিনখিতুনা মথক মথা ওন্ননা ফিভম অমদা লৈখি। কোরীয়ানশিংগী পুন্সিদা অমুক্তসু উরকখিদ্রবা মওং কয়া প্রজাশিংগী মমিত্তা উবা ফংখি। প্রজাশিংনা হিংনবগীদমক্তা হোৎনজবা ঙমলকত্রবদা মপুক নোয়বা মীতোপ কয়াগী মখোং হামতুনা, মশা নোইতুনা, মখোয়গী ফিশু ফিজামতুনা পুন্সি হিংবা য়াওরকখি। লুপীশিংনা মচা মশু থাকপা ঙম্নবগীদমক মশাগী ইজৎ য়োনবা করিসু ঙক্লা কিনা থোক্লরকত্রে।

নাকল অমরোমদনা নৌনা হৌরকপী লাইরিক লাইশু হৈরবী লৈশাবী, লুপী কয়াগী মীতোপ্পা পুশিল্লকপা তুক্কচরবা ফিজেং মৈরানবীগুম অরং অরাকতা মথায় থাগে খনবা অকিবা ফংলবা লমচৎ খরবু শেংপা চাবা ফংলবা অরু-অহেন, অকে-অমৌ, লুংঙাইথোকপা ৱাখন্দা থম্মীরবদি মশা পুম্নমক

মীতোপকী ঈনা কুপশিনথ্রসনু থনবা লৈশাবীশিংগী ব্লাখল কযাদা শাথিগ্রবা লায়নানো শেলগী লায়না অসে ? শেল থুমগী ফিভম হেক শোকপদা জাতি অমা তুম্না মাংহল্লিবনি। শেল থোকফম লৈতবা, শুবা, নোম্বা কয়া কন্দবা, মুংথিল তুম্বা পাম্বা অক-অহেনবংবু মৈরানবীগুম পামজবা, "মীতোপশিংনা লাল্লগা ঐথোয়গী লৈবাক্লা তৌররিবসি কদিনো মুন্না থম্বহৌদবা, ভাইহাক ভাই-হাক্কী থনবা, ফাজ্জা চারগা ফাবু ফুবা, হরাও কুম্মৈতনা মুমিং মশিং থিবা লমদম থরা এশিয়াগী মন্নুংদা লৈরমই। মতুংগী মন্নুংদা কোরীযাস্তু অচৌবা শরুক য়াবা লমদম অমা ওইরকই। হৌজিক্কি এশিয়াগী মন্নুংদা ময়ায়থংবা লম "মনিপুর" নত্তুনা অতৈ লমদমশিংদি হরাও কুম্মৈ তোকখ্রে। মীনা থাকপীবগা হিংগনি হায়বা ব্লাখল থাদোক্তুনা পৃথিবীগী চ ওখৎখ্রবা ইচিন ইনাওশিংনা চেনখ্রবা মুংভাই য়াইফবগী লমজেন্দা য়াওখ্রে। শেপ্পাও পায়বা, ময়ায় লেপপা, কাণ্ডবুশিংনা শেল পায়-রবনিনা ব্লাজনীতিগী শক্তিস্তু মখোয়গী মখুত্তা লৈখিগনি। জাতি অমগী রাজনীতিগী শক্তি মাংহল্লবা, শেল-থুমগী খুদোং চাবা পীত্রবদি করিস্তু উপায় লৈতে। সরকারস্তু ললোনবা খ্লুজোক অমগী মখুত্তা লৈখিগনি। পুলিসকী মীওইশিংনা শেলগী জগাত্তা ভাওখিত্নুনা অক কত্ত মশক খঙলোয়। চাবা থকপা এনিং থুংদ্রবা নহারোলশিংনা লাইরিক লাইশু তম্বদা মথৱায় চংদে। শেপ্পাও পায়বা লোয়াম চাবা কাণ্ডবুগী খুজিল থোরাংদা নহারোল কয়া শুঙ্কম চংকম লৈততুনা ভাওচংনগনি। অরেম্বদা মতম লেন্নবা

হোৎনবদা জাতিগী খুগী কয়াদা ইকায়-খুম্নবা থমলক্লোই। জুবার শায়গনি থাংকম থংগ্রবা, মতম লেনবদা বারবা নহারোলশিংনা যু, গনজা থকনি, ফুন-চৈনগনি। মথোয় মশেল য়েংখিনজুনা উচি কল্লকুনা মমুম মৈ থাদোকপগী ফিভমদা লৈগনি। জাতিগী মকোক ভাওরবা নহারোলশিংনা মচিন মনাওশিং থাংনি য়ায়রগা, মকোক থুগায়নরগা অতোংবা লেপপা; য়াভদেজা উচুক মৈরীবা কাণ্ডবুনা থাক্লা নোক্তুনা য়েংগনি। মথোয়গী পৈশা চমুন চবুম্না মমায়দা থাজিন্দুনা থমলবা সরকার পুলিসশিংদনা অমা হায়জিনগনি প্রজাদনা অতোপ্পা অমা উহনগনি।

অসিগুম্বা লিলা কয়া মীতোপ লজোনবা খুজোক অমনা কোরীয়াদা মতম কুইনা শায়খি। পুংভাইবা মচেং অমত্তা য়াওব্রবা লেভলংলেভল পুংথবা থোথোক কয়াসে মিষ্টিসনা য়েংহুনা লাকই। লাইবক থিরবা মীওইবশিংগী পুক্তি অসিগীদমক থনবদা মিষ্টিসনা য়াম্না বানা থাংখি। মরৈবাক মজাতিগী হৌরলোনচংনা নোংম নোংমগী মাংশিল্লকপা চাইনিজশিংগী মরেক্তফিজেং চাকচানা কোরীয়াগী ময়েক মাংহল্লকপা, জ্যাপানিজশিংগী লোলনচিংবা কয়ানা মথোয়গী মমালোন মাংশিল্লকদনকোরীয়া হায়বসে মথক মথা ওম্বোল্লবা শায়বা লৈকভলা অমা ওইনা মিষ্ট্রীসনা উখি।

নৌনা হৌরকপী লৈশাবী, খুগী কয়ানা জ্যাপানিজশিনা মশা কুপশিনগ্রবা। অতুগা কোরীয়াদা পোকচনা নহারোলশিংনা শেল থুমগী কিভম ফরবা, ওকম চংকম লৈজবী

লুহোং খোংদোংহুনা মমা মপাগী সেবা তৌব। কংদবা কয়াসি মতম শাংনা কুইনা য়েংহুনা লৈবগী শক্তি লৈরমদে। অসিগুম্বা লাইবক খিরবা মীওই মজাতিগীদমক খনবদ' সোক্তী থম্মোয়দা লায়না লায়মন ওইবা হৌখি। তাশংনবক মীওইবা জাতিবু লুংশিরুরবা, কনগে চোংনরুরিবা মীওইশিং পুমনমক বাখনগী লায়নানা নাখিবা ভাকনি।

অমরোমদনা কোরীয়াগী লাইরিক লাইগু হৈরবা সরকারগী থবক কাম্ভি তৌবা কয়ানা কোরীয়াবু লুংশিরুরবদি থবক্তগী লৌ-খোকপীগনি হিংবদা বাপ্পনি খনবদগী মিকুপ অমা ফাওবা মজা তিগী বাখল খনবীদবা! অদুগা কোরীয়াবু কনবা পাম্বা কাওবুম্ব হিংচা য়াইতম্বা ওইনা খনবীবা, অসিগুমলবা কয়াসি উবদা মৈ টক্লবা য়োংচৈনা মশাদা কুবগুম সোক্তী বাখন্দা নাখি। সরকারগী থবক তৌরিবশিংনা তুংগী মচা মগুশিংবু মনিং মথা তমনা লুংঙাই য়াইফনা থম্বীরমগদৌরিব্রা? নত্রগা হৌজিক হৌজিক হিংলিদৈদা। লুংঙাইখোরুগা অহাওবা চবা। ফজবা শেংপা জীপ কার তোংবা কয়া তৌরমলগা মচা মচুশিংদুদি পুক্তি চুপ্পা মাগী মীনাই ওইনা শিন্নবিরমগে খল্লিবরা হায়বসি য়ামনা কম্না নৈননিংবা। হংনিংবা বাফমনি! অদুনা কোরীয়া, সোক্তী পোক্লফম ওইরবসু বাঃ ভাংবা অনিংবা কোংদোকপা য়াবগী মফম লৈতে। য়ুমদাংবনা কৈনাবা, মীনাইনা মপু শাবগী চাও-রবা মকোল, অমা কোরীয়াদা শেমগ্রবনি।

লৌমীশিংনা হিংননবা হোংনজবদা সম্মাজগী অরা অনাগী

থৌদাং য়াওবা ওমদবা ! সরকারগী থবক তৌবশিংনা কোয়ায়াবু কনবা পম্ব কাওবুবু মানুংশি থ.দবা ওইনা থনবীবা, রাজনীতি· রালাশিংনা মথোয় মশা মশাগী থনহুনা লৈপাক মথক মখা ও.গ্গাকপা, মুপীশিংনা তুকচরবা লমচং ফিজেং - চাকচা, মরৈ· বক মজাতি শুংশিবা। মীওইগী মশিং য়ামদবা অতুগা নাকল অমদনা মচিন-মনাও শাবা ললোনবা কাওবুনা কোয়ায়াদা লাক· লগা মকনহুগী কব্রিয়তা থন্দবা প্রজাশিংগী মথবাক শেগায়হুনা ই চুপপা। প্রজাশিংবু মাওহম্নবা লোম্না খুজিল থৌরাং তৌবা ময়াম অসিনা কোয়ায়া মাওহম্নবগী মচাক ওইখি। পূম্নমক অসি মিষ্ট্রিসনা মমিৎনা শওশং তুংদা ওইরকদবশিংহু উথি অমদি মশা মথন্তা ফ্রং ফ্রং চোংহুনা বানা থাংখি। অহুবু অচওবা মচং ওইবা, মীওইবগী পুন্সিগী মমল খংবা মীদা অবাবনা খুহুম চনবা ওমদে হায়বগুম মিষ্ট্রি নোংম নত্রগা নোংমা কোয়ায়াগী নিংতম্ব· গীদমক নোক নোক থবায় থারগনি খন্দ্রনা লৈখি। মসিগীদমক মডাল অমগী লবীদা পওলবা প্রজাশিংবু লমজিংগে থনবদগী পোৎথাবা লৈতনা হোৎনখি।

মিষ্ট্রিসনা পাম্বা সমাজ অমদি পুন্সি মরেন্দি মীগী মখাদা মীনাই ওইদবা, মুপীশিংনা ফজবা লমচং শাজং ফিজেং চাকচা, লোয়নবা নিংথা তম্বা ফংজবা পুন্সি, সমাজ অমা পামই। লোকী বাথন্দা মুপা মুপী চপ মান্নে। মুপী হায়বসি শক্তিনি। মুপা ওইবশিংবু মাংহনগে হায়রবমু মুপীনা ওমই। সমাজ অমা লৈখা তাহনগে হায়রবমু মুপীদা লৈ। শক্তিবু ইকাই

খুন্নবা মুপাড়দি নোংম নত্রগা নোংমা মথম্বা চাকথেকতুনা শিং-জগদবনি। তৌবতবু মুপীশিংনা মশাগী শক্তিবু নিয়ম চুম্না ধর্ম কায়দনা মচি ময়া খোম্না চেকশিন্না শিজিন্নগদবনি সমাজ অমদা লৈরিবা মুপীশিংবু লোক্না মথল কয়ামুক খোক্লা খায়দোকই। মুপী কাক- চরোই অমসুং শেন্নাংনা মশাং হেন্না লৈরবা সমাজ-দুদি অঙকপা কংনা লৈখা তারবা জাত্তিনি। অসিগুম্বা মুপীশিং অসিগী থৌদাংদি য়াম্না তুকচনিঙাইনি।

য়ুমগী মচা মশিংগী ভুংগী খনবীবদা, ঙাইহাক ঙাইহাক্কীদা খন্নবা; মীগী মমুমদা চংদুনা, মুমীং য়ুংবা মতমদা হোন হোন নোংকপী, পাও তম্নদুনা মতম মাংহনবী মুপীশিংনি মুপী কাক হায়রিবসি। মখোয়দা যজবা, লোক্ কপা লৈতে। য়ুমগী মপু রাইবদা নঙ-মা তৌদুনা চৈনৈ, কুনদুনা লৈবী মুপী ঙাক্তনি সমাজবু মশক খিহনবদা মুপী কাকশিং অসি অাচৌবা শরুক য়ারীবনি।

মুপী চরোইগী কাঙবুনা-লৈশাবী ওইরগনা মীগী পাও পূগনবী, পাও মচা মতং অমতং হেক মনাদা তাখিবদা মীঙোন্দা তান্নংবনা নোং ঙানবা ঙাইবা ঙমদবী, নওবা কয়া তপশিন্দুনা হেক্লা চরোইগুম নোং ঙানকাংত্রিঙেদা খেকথবী মুপীশিংসে মুপী চরোই কৌই। মবুং মৌপথা, মুপা নহাশিংগী মরক্তা গা-গা তৌবী, মুপী অমগী পূক্নিগী মমল থংদবী, কিজেং-চাকচা লুমবী কাঙবুসে মখোয়না ইমুং মমুং কয়াবু মরা কংনা মাংহল-লি। মুপা নহা কয়াগী পুক্নিবু অরানবা লম্বীদা লমজিংই।

সমাজ অমদা অসিগুম্বা মুপীশিং অসি য়াম্না কিনিংঙাই মশক্তি।

মুপী শেন্দ্রাং ময়াম অমসু সমাজ অসিদা লৈতবা নত্তে। মুপী সেন্দ্রাং যাম্না লৈবা মফমদা মী য়াম্না পুনগনি। অয়ুকী রাইরম শে'দ্রিঙৈদা থবক ফরবনি হায়তুনা মকোক ইচাও চাওনা মশাদা ঈশিং থরা চোৎলগা চাকথুমদা চাক হেক্তা থোংবী, মচা-শিংদা হা কোন্দূ য়েংউ, রাইহু তৈয়ু হাযতুনা চাকথুমদা লৈন লৈনা থৌদাগনি। চাক হেক চাবা লোইবগা. ফনেক শেগায়রা থোংদাই অমমম শেৎলগা ইমুং লময়াইদা মাঙ্গোন্দা পরেং শানা ফমতুনা হিক কায়নগনি। মসিদা পৃথিবীগী কান্নত্রবা রারী মখৈ মখোয়না শাগনি। মী কয়াগী পুন্সি রারী শাবতদা মাংহনবা ঙম্বী, আনা শিকিগী মুপী শেন্দ্রাং ময়ামসি সমাজগীদমক্তদি থ্বাইদগী চাওবা য়েক্লবনি। মখোয় মশেন হিক কায়নগনি, মীগী নীরা ঙা'নগনি অমনা তমথোক্কনি। মখোয় মশেন মানা অহু হায় আদা হায় হায়তুনা ইমুং মনুংহু মীনা কৈথেন কাগনি রাফং-নবদা। মখোয় মশেন অশাওবদগী ঙাংনরীবা ফত্তবা মবুক্তগী থোরকপা মখিববা রাঙাংশিংহু ইমুংগী মনেম মকু, মুপা-নহা, মচা মশু, কৈরোন লৈকায় তাহনগনি। অসিগুম্বা মুপীশিং অসিগু পুন্সিগী মমল থংদে, অরেম্বদা মতম হৌখিবদা থোইনা মুংনাংদে। অমগা অমগা য়েংথিনহনবা থোইচৎনবগী, ঙকচাও থেকপগী পারা কয়া তম্বীতুনা মীওইবা মশেনবু মুংশিনহনদে। অসিগুম্বা লৈকায় নত্রগা সমাজহু অচোপ অরেম থংদে।

অতুগা অতোপ্পা নাকন অমদনা চেনা শাবী মনম য়াওদবী

লৈগুম্বী নুপী কয়া সমাজদা অতুম থেংনগনি। ঐখোয়দি লাইরিক হৈরবনি, ফিজেৎ চাকচা ফজববীনি হায়তুনা ফেৎ ফা তৌতুনা নুপী অমা ওইবগী গুন মচেৎ অমা ফাওবা য়াওদবমখৈ হিংবা নুগী কয়াসু অতুম মবৈ। চাক চারা অমতং থোংউ হায়রক-বদা খুৎ মোংকদৌ শরুক চবা হেল্লগা লৈজগে হায়না ইলায় লাঃনা হায়দোক্কনি। মৌ ওইরগনা ষষ্ঠি পায়গদৌ শরুক ইপামদা থিনবিযু হায়গনি। ফজবা অরু অহেন, অকে অমৌ অবং অবাক্তা মমিং কুপ্তবা মখৈ য়েংগনি। মখোয়না শেংলি চাবীবা কয়াতু ময়ামদা উৎননবগীদমক লিলা পালা মখুৎ থেক্তুনা মশিং থিগনি। নুমিদাংগী ক্লব, সিনেমা, ড্রামা, পিক্নিক ডায়্যরিগী চেনা খুদিংদা ... ... ... ...। "মমল য়াম্লবা নুপীশিংগী পুসি মীওইবনা সমাজদা পোক্লিবসি কবিনো, নুপী ঐখোয় ফৎত্রবদি সমাজদা করি ওইরক্কনি হায়বসি মিকুপ অমা ফাওবা খল্লবগী মতম মখোয়দা লৈতে।

মসিগুম্বা কাং থোং চায়ববা 'ফজেৎ চাকচা, য়েংবদা অকিবা পোক্লবা হিংবগী মওং, লৈখা তাববা লমচৎশিং অসি মিষ্ট্রীসকী মমিংনা শং-শং ময়েক শেংনা উখি। অসিগুম্বা সমাজ অসি লৈখা তাবা নত্তনা কৈদৌঙৈদগু মীথোই মীহেনবা ফজবা, স্বর্গ অমা ওইরকপা হায়বতুদি ওইথোক্লরোই অসিনি সোক্কী রাখল্দি। অসিগুম্বা পুন্সিগী মমল খংদ্রবা পোকপগী কাংবা নুপীশিংবু চুমথোক্তুনা অকবা লম্বীদা পুবা ঙমহৌদ্রবদি জাতিতু লৈখা তাতুনা মাংগনি।

মিষ্ট্রিস সোক্লা মীওইবশিংগী পুন্সিবু অফবা মওংদা পুখৎতুনা পৃথিবীদা লৈরিবা মীখা পোল্লবা, শুদৎপীরবা, নৈহৎপীরবা অপিকপা জাতি কয়াবু মনিং মখা তন্না লৈহনবা পামই। মরু ওইনা নুপীশিংবু শেন পায়বা কাংবুগী শান্নপোং ওইহনবা মখোযগী মখা থাত্নুনা লৈবা অসি সোক্লা যান্না কা হেন্না পামখিদে। মিষ্ট্রিসনা পৃথিবীগী নুপী ময়ামদা হায়নিংলিবা রাফমদি ১। নুপী ঐখোয় নিং-খা তমগদবনি ২। নুপীশিংগী মমল য়াম্লবা পুন্সিসে অরং অরাক থরদা য়োম্থোক্লোইদবনি ৩। সমাজ অমা লৈখা তারক্লবদি নুপী ঐখোয়গী ইজৎ সনমান হুম্থরকপনি। মসিবু মাংখিগদবদগী কনগে হায়রবদি মরু ওইনা নুপীশিংনা অরু অহেন অকে অমৌ, হরাও কুম্মৈ নুংঙাইথোকপা রাখন পুম্নমক থাদোক্ক-দবনি। শেৎপা চাবা য়াম্না চেকশিনগদবনি। নুপীশিংগী খ্বায়দগী ফজবা পোৎশক্তি লমচৎনি। মসিনি সোক্লা পৃথিবীগী নুপীশিংদা হায়নিংলিবা রাফমদি।

নুপীশিংনা ফি-বোল শেৎপদা মপা মপুনা থম্বীরম্বা শেৎলম-চারম্বা মওংতু থর মখৈ হোংদোক্লবস্লু নিতি নিয়মদি থক থাদোক-লোয়দবনি। মপা মপুনা থম্বীরম্বা ফিজেৎ চাকচাবু নুপীশিংগী মফমদগী হেক মাংখিবদা জাতিত্থু শোইদনমক্কী মীগী মীখা পোনবা, মীনা উশিংৎতবা লৈখা তাবা জাতি ওইগদবনি। “নুপীশিংনা জাতি অমগী শকয়েং মিংশেননি” জাতি অমা চাওখৎলি চাওখৎতে মশক থংগে হায়রবদি মফমতুগী নুপীশিংগী ফিজেৎ চাকচা লমচৎ ব্যবহারতমক য়েংলগা হেক্তা ইলায় লাইনা

থংবা ভমই হায়না অথং অহে কয়ানা মত পীনরীবনি। অহুনা জাত্তি অমা মত্তিক মঙান লৈনা থম্বা তারবদি হুপী ঐখোয় অরাংরা থাক্তা লৈবা তাবনি হায়রবসি মিষ্টিস সোক্না চপ চানা খংখি ১দি মসিবু শিজিন্নহুনা চাং য়েংখি।

জাত্তি অমা মীতোপ্পা উশিংত্তরগী মরম করিনো হায়বসিগী মতাংদা মিষ্টিস সোক্না ময়ামদা হায়নিংলিবদি—"মপা মপুনা থম্মীরম্বা ময়েকপু মাংহনঞ্জগা মীতোপকী ময়েক পুশিন্দুনা মপোৎ মরম শাহুনা ইকায় খংদনা শিজিননবা মশাগী য়েলহৌঙৈগী লোনরু মুথৎলগা লমগী যম্না মচি শাংই হায়কগুম ইচা লৌখোক-লগা মীচা গুম্বা, জাত্তি অহুগী মহৌশাদগী থোকচরকপা পোংখোক করবু মাংহনগ্রগা মীতোপশিংদগী পুন্নমক রায়হনা লৈহুনা শিজিন্ন-রুবা, অরোইবদা হৌকম শাংকম লৈতবা মপা মপু মশক খংদবা, লৈকুৎ লৈরাইদগী হৌবা মীপান তাংত্রবদি হিংবা ভমজদবা জাত্তি অমা ওইরকপা মসিদগীনি মীতোপ্পা জাত্তি অমবু হন্থনা উশিংতনা থনলিবগী মরম......।

মতম অমদা অঙৌব মীতোপশিংনা শুপচিন্দুনা আফ্রিকা মচা পুন্নমক মীনাই ওইনা থমবীখি। মকমতুগী চংসবী, লৈজরম্বা পুন্নমক মুথৎলগা আফ্রিকা মচাশিংগী কখিশুম্বা অমতা লৈত্রবা মতমদা ভসিদগী নখোয় মীনাই কোকপীরগে হায়রুবদা অমুবা পুন্নমক মমিত্তা মপি তানা অঙৌবশিংগী মখোং কোন্দুনা কপ্পুনা হাল্লজখিবহুনি। নখোয়না ঐখোয়বু মীনাই ওইনা থম্মীত্রবদি ঐখোয়দি কম্রি শেং চাহুনা হিংগনি। ঐখোয়শীনি হায়বা

পে'ং:থাক অমওম্ম লৈহৌত্রে ।। পুম্নমক নখোয়মা থাকপিব'নি ঐখোয়বু মীনাই ওইনা লৌশিনবীয়ু হায়জখিবহ্নি। মসিদা অঙৌব.শিংনা আফ্রিকা মচাবু উশিংকদবা মুংশিবীগদবা করিনো? মসিমক কোরীয়ানস্নু থোকখিবগী মওং লৈখিদবা নত্তে। ঐখোয়গী লৈবাক্তস্নু থোক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। ইতিহাসকী থোংগাওনি। অসিগুম্বা খুদোং থিরবা কয়াদগী কনগে হায়রবদি মিষ্টিসনা পাম্বা মওংদা - ১। ঐখোয়গী লৈবাক্তা মপান্দগী লাকপা মীওইশিংগী ললোনকম কৈ'থল ওইহন্দবা ২। মমল য়াম্বা অরু অহেন মী-ভোপ্পা পুশিল্লকপা পোং পুম্নমক শিজিন্নদবা ৩। ইপা ইপু-শিংনা থম্বিরম্বা ময়েকপু জাতিগী ময়েক ওইনা লৌনা অমুক পুথোক্লনা চংনহনবা, জাতিগী ইপা ইপুশিংবু নিংশিংহনা অয়িবা ইতিহাসপু লৌনা পুথোক্লনা জাতি মশক তাকপ, মীগী মতৌ ভম্বা, মীগী ভাক্তা খংলুরগা মজাতিবুনা নোয়োক্লম্না থনবগী বাখল থাদোক্লগা ঐখোয়গী লৈজবা থরদংহু ময়েক শেংনা পুথোক্লনা নিয়ম নাইনা শেংচাবা। জাতিগী মুপা মুপী পুম্নমক ফত্তবা ওক্তবা লমচৎ শাজৎ থাদোক্লগা মজাতিবু কম্নবা বাখম্না মাং থাহ্নুনা থবক ভৌবা, অরেম্বদা মতম মাংহন্দবা লমচৎ ব্যবহার থাক বাংননবা
*হোংনবা পুম্নমকসি সোক্লা পাম্বামওংনি। মথক্তা পীরিবা মওংসি জাতিহুগী মীওইশিংনা পাংথোকপা ভমজবা অতু ওইরবদি অপিকপা জাতি কয়াদি মরু ফংনা মাংখিবা পৃথিবী লৈমাইদা লৈরমই হায়বা ফাওবা থংখিদবা য়াই। * জাপানিজ, চাইনিজশিংনা শাবা ফজ ফজরবা ফিরোল, অরু-অহেন, অরাং-অরাক কয়াদা কোরীয়াগী

মুশী পুন্নমক ভাওখি, মৈয়ানবী ওইখি। অদুবু সোক্তি মমিংনা খানা খানা ফুক্তনা য়েংবা নত্তনা মহাক্কী অপান্না লৈখিদে। হৌজিক্কা অরু অহেন, অকে অমৌ মুংভাইথোকপা, চহি খরগী মতুংদা শেল পায়ব্রবা মীতোপশিংগী মীনাই হায়বসি সোক্তি তশেংনা ময়েক লানা উখি। সোক্না অকে অমৌ অরু অহেন্দি লাপনা থমগ্রগা রাই চগেমগী দানা থোংহুনা লালহৌবশিংবু মনিং থুংনা পীজবা ভমখিদে। মজাতিগী মাংখিগদৌরিবা ময়েকপু চাক থোংনা থোংনা সোক্না খংননবা তমখি। ভাইহাক শংবদা মীগী মমল য়াম্বা থোংউপ তোংগদৌ শরুক চক্লনা শেন্দল শাহনা তোংননবা হোৎনখি।

লাইরিক লাইসু তমলুরবী, রাখল খনবা হৈরবী মুশীশিংনা মথল মথেল কয়াগী জাং জাংকী ফিজেৎ চাকচা অরু অহেন তৌহুনা জাতিগী লৈখা তাবদা মতেঙ পাংশিল্লিবী মুপীশিংবু সোকনা থম্মোয় শোক্না মুংভাইখিদে। মখোয়না অন্নম্মা অরু অহেন, অরং অরাক কয়া শিজিন্নবদগী পঙজরবী রাখল লৈজ-ব্রবী, লাইরবী কয়াদি মখোয়গা মান্ননা শেংন-চানবা লৈতব-নিন্না মীরক থোকপা কাওব, ভমনখিদে। মতাং অসিদা সোক্কী থম্মোয়দা মীওইবনা পুল্লপ হিংমিন্নরগা মশা মশাগীদা খনবসিবু কয়া য়াম্না মুংভাইরমগদগে ? মীওইবশিংগী মরক্তা খরনা নোয়োক্তা থম্বীবা অতুগা খরনা স্বর্গদা থমহুনা মীগী পুন্সি কয়া মাংহল্লিরবসিবু করিগীনো হায়বনচিংবা কয়া মশা মথম্না কুপ্পা থম্ববা য়েংশিনবা হৌই।

## সোক অমসুং পোক্ক লমদমকম :—

ইরৈবাক, পোক্কফম লমদম হায়বসে ঐখোয় খুদিংমক্কী হকচাং শারিবা ঈগী হৌরককফমনি। লমদম হুদা হৌবা মনা মাশিং চাদুনা, নুংশিৎ মু শা হোন্দুনা ইমাগী তম্পাক্তা য়াওনজদুনা হিংবনি। ইমা লৈবাক্তা মীখা পে ল্লবদি মীত্রোপশিংনা মপু শাগ্র'দি ঐসু নঙসু কান্নদ্রে। ইনাকখুনবগী মচা মগুসু মীনাই, লাইরবশিংসু মীনাই ঈগী মমল লৈত্রে। পুন্সিদা গ্রাইদগী হেন্না মমল য়াম্বা পোৎশক্তি মনিং মথা ৩৫নি।

পৃথিবীদা মচাবু নুংশিদবা মমা লৈবা হৌনদে। অদুবু করিংগীদমক মমা শারে হায়দুনা, হিদাক লাংথক পুরগা মচা নুপা কিম ইল সুঙনা ময়ুমদা হল্লকপদা মমানা চৈখি। তশেংবদি মচাবু উবা অমুক্তা ফংজরবদি হায়না মতম খুদিংদা খন্দুনা লৈজরবা মমানি। অদুবু মচানা ঋমদা মমাগী অরাবা সেবা তৌরগে হায়না হল্লকপা মতমদদি মচাদা চৈখি সোক্কা খনখিবদি, ঐনা নঙবু পোকচবা ফংলিবসে, ঐখোয় পুন্নমক পোকপিবা ইমা ( Supreme Mother ) অদুনা ঐবু পোকপিবদগীনি। ঐদি কান্নদবা অনিশুবা নমানিনে। ঐগুম্বা অমা শিখিবদি ইথন্তা মাঙজখিগদবনি প্রজদা অরাবা লৈরোই। অদুগা অমত্তা ডাইরবা ইমা ( Supreme Mother ) অসিনা মীখা পে'ল্লবদি প্রজা পুন্নমক রাগদবনি। অদুনা ঐগী খনগনু ময়ামগী খল্লং হায়দুনা য়াম্না থাক রাংবা নুংশিবা অমখক্কী খনবদা, নুংশিজরবা মচাবু চৈখিবনি শ'বু অচৌবা থাক রাংবা মী অমা ওইনা শেম্বীরকপদা নোংমতসু

অথিবা খোনকম তাহনখিদবী মমানি। মমা ওইবিশিংনা মচা অমবু হুংশিবদগী করিস্তু তাদনা হেন্নত্থম মচাবু হুংশিজবী মমানি।

অ'সগুম্বা ইকাইখুম্নরবী ইমা অসিগী মরূমদা নৈনগদবদি য়াম্না পাক চাওই। পঙলবা করিস্তু খঙদ্রবা ঐগী রাখন্না অমুক থাক রাংবী ইমা অসিগী মরমদা নৈনজবা ইতিক ওইদে। অতুবু নেংমা নোংমগী লৈখা তাথরক্লবা মনিপুরী হুপীশিংগী লমচৎ শাজৎ, ফিজেৎ চাকচা; গুন পুন্নমক থিংবা ঙমদনা অমুম লৈখা তাখিগদৌরবরা থনজবদগী মতেং খরদং ওইবা ঙমগদ্রা হায়না নৈনজবনি। জাতি অসিগী চিরবা লুরবা তাঙ্গাসিদা ফিদন্নফম ওইবী ইমা অসিগী মতৌ তমত্থনা হুপীশিংনা হিংবা হায়র্বসিদি য়াম্না থুনা তঙাইফদ্রবনি খল্লি। মিষ্ট্রিসকী সমাজদা লৈখিবা মওং ঐখোয়গী লৈবাক্তস্থু ওইরক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। মীওইবগী লাইবক থিবা হায়র্বসিদি খঙহৌদনা লাকনি। অফবা তানবতনি কুইনা রানা চঙবদি।

ইরৈবাকী হুপীশিংনা অরাংবা থাক্তা লৈবিহুনা জাতি অসি পৃথিবীদা মশক তাকপিমু—"পৃথিবীগী হুপীশিং মখা থাব কোক্লসনু"।



